নোঙ্গাপ্রবা

শ্রীখয়রাইরাকপম চাউবা সিংহ

সাহিত্য রত্ন-দা

মণিপুর গভর্ণমেন্টনা পাইনগী শৈরাং লৈ পরেং, শৈরেং অনৌবা অমসুং বসন্ত শৈরেংদগী শৈরেং খল্লা কবি তর্পণদা হাপ্লবা পার্মিশন পীরবি রকপা, শ্রীখবাইরাকপম গৌবহরি সিংহনা কবি চাউবনা পুজি লোইশংদাইদ, চৈখ্বা শৈরেং খবা হাপ্পিরকপা, শ্রীমতি ললিতা দেবীনা ৺... লগী শৈরেং, শ্রীমতী যামিনী দেবীনা ৺নরেন্দ্রজিৎকী শৈরেং, সাহিত্য ইচেল অমসুং জ্যোতিগী সম্পাদক অমদি অইবশিংনা শৈরেং খল্ল হাপনবগী পার্মিসন পীবিরকপা অমসুং শ্রীশীতলজিৎ, শ্রীনদিয়াচান্দ, শ্রীগৌরকিশোর, শ্রীনীল-কান্ত, শ্রীসমরেন্দ্র, শ্রীনীলবীর অমসুং শ্রী রজনীকান্ত—মখোয় পসিনা শৈরেং খল্ল পীবিরকপগীদমক তৌবিমল খত্বা উৎচরি।

# ৱাহৌদোক

পুন্নমক কবি নত্তে। কবি ওইনিবদি খবতনি। ছন্দনা পুনবা ৱাবে পুন্নমক পন্থনি হায়বদি যাই। অদুবু পন্থ পুন্নমক কবিতা নত্তে। কবিতা হায়বসি থম্মোইগী গুণনি। ৱাখলগী অমসুং বুদ্ধিগী শক্তি ফোঙদোকপা নত্তে। কবিতা লৈনবগা পণ্ডিত ওইবা যাই, কবিগী মবী মখোং খংলকপা যাই। অদুবু মচুমক্তি কবিতাগী উদ্দেশ্য নত্তে। কবিতানা ঐখোয়দ পীবিবসি ৱাখল খনব নত্তে—অউবা-ঙুংছ হবানি আনন্দগী শকক্তি। পূল্সিদা লৈবিবা ফজবা কয়ামুকপু উহল্লবপা, চুন্নগী মিৎ সিন. উঙমদ্রবা কয়াবু ফাংদোক্লকপা, অথীবা কয়াগী মনুংদা লৈবিবা ফজবা কয়াব ফাওবা পুখোৎলকপা অমসুং পূন্নমক্তা লোযননা থম্মোইদা নুংঙাইবা অমা ফাওহল্লবপা ফজবগী লৈকোলদি কবিতাগী শান্নবুংনি। আনন্দগী ঈপাক্তনি কবিশিংগী পন্থুং ক্ষমদি।

লোইবা নাইদ্রবা কবিতাগী সংজ্ঞানি। নোংচুপকী কবি অমনা ঈশম শন্না কবিতা হায়বসিদি কুইনা নীংশিং ৱা হয়নি ( Memorable Speech ) হান্ননা ফোঙদোকই যান্না অর্থ লৈবা ৱাতা অমনি। ফজবা কবিতাদি কাউঙমদবা শৈবেংনি, অমুক তাবনা পেনবা নত্তে, অমুক পাবনা ওক্তে। হন্না হন্না পানীংই, হন্না হন্না তানীংই। তোঙান তোঙানবা অর্থ অমসুং মথল কয়াগী নুংঙাইবা পোক্লকই। ৱাহয়গী ছন্দগী লাম্মোকখিদুনা

পুক্নাংগী অমসুং থম্মোইগী ছন্দ অমদা অমসুং মাতুগা লোয়ননা পূক্নিগী অনৌবা ছন্দ অমদা ঐখোয়বু লমজিংবী কল্পনাগী বাক্য অমদা শান্নহল্লি। অমুক তাবনসু ওক্তবা, অমুক পাবনসু পেন্দবা, হন্না হন্না যেংনীংবা, পানীংবা তানীংবা, মাহুবু কৌই সাহিত্য, আর্ট। মাহুবুসু কৌবা যাই, কবিতা।

মণিপুরী সাহিত্যগী প্রাচীন কালগী শকফমদি ঐখোয় অবাম্বনা হৌজিক ফাওবা লেপ্পা ঙম্দ্রে' মধ্যযুগকী ফাওবদা শেংকাত্তবা মগিদগী হেন্দ্রি। অদুবু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ঈহৌগ লোয়নবকপা অমসুং বাংলা সাহিত্যগা যাওন্নবকপা মণিপুরগী সাহিত্যগী আধুনিক ওইবা শমফমদি ঐখোয়না থেংনবে। কবিতাগী জগত্তা খুাইবাকপম চাওবা, ডাক্তর কমল, ময়ুরধ্বজ, নবদ্বীপ, দ্বাবেন্দ্রজিৎ হিংনা অঙাংহল নৈলখিদ্রবা শীংথানবা যাববা কবি ঙাক্তনি। মতমদ্দা পুল্লুবতনি কল্পনাগী জগত্তি তোঙান লোঙানবনি। সাহিত্যগী মরেল ফমা নপশিন্দুনা পুন্না অমত্তা ওইন থম্বা যাবা নত্তে। মতম অসিগী নহাবোল কযাগী থম্মোইগী কাচিন যৌথ্রবা অমশুং অহলনোন কযাগী ওঁসিদসু মুংঙাইবা পোকহনথ্রবা কবি ঙাত্রনি। লৈশক অমতগী পবেং নত্তে, লৈবাং জাৎ কযাগী নাচোমনি। মাগবা অমতং হায়ববু অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লমযানবনি। হৌজিকমক লৈবিবা মীনকেতন অমসুং শীতলজিৎ অমশুং থবগা লোয়নন। মতম কুইনা তুম্নুরবা মণিপুরী সাহিত্যবু মীকপ থোকহল্লকপনি! কবি চাউবগী ঈংলবা খোন্বাংদা 'নাবক্তা শাৎপা লৈবাংনা নমবিনবা যাওদনা অবেম্বদা কেনবগুম'' হায়বা ভাব পবীং অসিগা লোয়নন। করি অমুক ''মতম কুইনগী তুংদা

লেঙশিল্লক্লে মৈতৈ চন্নু। মৈক্তৈ সাহিত্য মন্দির-মন্নুংদা" হাযবা থম্মোইগী তপথদবা স্নুর অসিনা মণিপূরগী সাহিত্য জগত্তা ওম্লোকপা নুংঙাইবা অমস্নুং অনৌবা অমা পোকখ্রবনি। অমুকস্নু মযুরধবজগী "নীংথিববী নুক্সাগী ভক্তা শিবা লৈতেংগী সনা লিকফাং মরক্তা অমতা থানবা মণিগুম" হাযহনা মালেম লৈকোই মণিপুরবু থাগৎ লকপদা অমুকস্নু তপ্লবা খোম্লোক্কী ফজবা অমা ফাওই। দবেন্দ্র জিৎকীগু অমুক 'নোংপোক্কী বোবৌ খোঙথাফম। ভাবতকী শমজী লংদাইফম। প্রকৃতি ইমাগী নুংঙাইবা শান্নফম। চাক্লবা থম্মোইগী অরাবা কোকনকম" হাযবা লেন্নবা কবিতাগী ছন্দ অসিনস্নু অমুক নুংঙাইবা পোকহল্লি। চাউবা, কমল, অঙাংহল ঐখোযনা কাউদ্রি, কাউফমস্নু খোক্তে। অদুবু মণিপূরগী কবিতাগী মতম অদুগী মশক খঙগে হাযববদি কবি অমা পাবনা চৎনদে, অনি পাবনা ওক্তে পুন্নমব পাবা তাই, লোইনা পাবা তাই পূন্নমক্কী মান্নবা উননবা অমস্নুং পূন্নমক্কী খেন্নবা খঙননবা।

কবিতা হাযবসি পুন্সিগী মশক তাকপনি। যুগ অমবু উৎলকপনি। অদুবু কবি মশামক্তস্নু অনৌবা থম্মোইগী ঈওনদগী শকফম তোঙান তোঙানবস্নু থোক্লকই। লাইবিক অসিগী অহৌবা চাউদগী শৈনেং 'উহনবিযুকো (ইতা) নঙগী নুংশিবা শকফমদো তোল্লবা নচানা কৌজবা মতমদা।" হাযবা অসিমক ঐখোযনা খেংনদ্রিবা অনৌবা থম্মোইগী স্নুব অমনি। অমুব 'ইমা ইমা, হৌগৎলোনে ইমা। মিকপ্লোনে ইমা। ঙসিদি ওইন-মঙলান্দা।" হাযবা বসন্ত-শৈবেংগী কবি মীনকেতনগী "যাম্বা অছৈবা-চৈজিং থুমাবা নোঙ্গুন্নিংঙাই ওইদববা। নোঙ্গুম্নকখোদা" হাযবা লোম্দাগী কবি

মীনকেতনগা মীশক্তি অমত্তুনি। ছন্দদি তোঙাল্লি - সুনস্থ তোঙাল্লি অমস্থুং থম্মোইগী ফিভমস্থু খেন্নে নসিমকস্থু পাক্লবা পুন্সিগী ইঙ্গিংনি। লেপত্রবা কবিতাগী ঈচেলগী তোঙান তোঙানব. ঈবোংনি।

মথক্কী কবিশিংসিগী তুংইনবা ওইনা অমনা হৌজিক হৌজিক্কা কবিতাগী সাহৈকোবামদগী কযা অমস্থু ফাওগৎলকই—মখোযবুস্থু মীবাইবা চুম. । অনৌবা পুন্সিগী মৃত্তিনি। ওল্লকইবা যুগকী থম্মোইগী যবান অমস্থুং লেপ্পুনা চেল্লিবা মতমগী ঈচেলগী অনৌ অনৌবা স্থুর ভাক্লনি। শাইবিক তসিদস্থু সৌখযনা থাইনা তানদ্রিবা অনেবা কবি কযাবুস্থু থেনবা কই। পুন্নক অসিস্থু মতমদদনি ভিন্নরুবা জগত্তি তোঙান তোঙানদনা চংনা নঙননি, চাউবা কবি চৎননি। অনৌবা নিরুক খুমদুনা। চৎলগী চৎলনি।"—রাজকুমার ঝলজিৎবা খোনখোকনি "সাদা মেতে কবি কুংশিবা' নঙগী থুম্লবা ঈচেল। যেনাবনম্লে মৈত শিংলি তুপ্পপ থুংনা—" ইবোহললগী রাখলনি, উদ্দেশ্যদি অমত্তনি অত্তুবু ফোঙদোকপদি কযাদা খেন্নথ্রবা। তমুকস্থু নোংচুপ কবিতাগী লৈনম চুববা খমন্থেম গৌরবিশোবগী শৈবেং, স্বদেশ প্রেমগী মঙাল যাও-রবা নীলবীরগী কবিতা, বরুনী বাত্তুগী "ওইহল্লি তাজমহল। মতম পুন্নমক্তা ফজবা"- পুন্নমক অনৌব ভাব অমস্থুং অনৌবা স্থুর ঙাক্তনি। অমুকস্থু নদিযাগী "মালেম শিন্দ্বা লৈবোন্দা। শিদ লৈবাং লৈকাদা। লৈবাং লৈবীক লৈযোন্দা। লৈহি লৈনম' লোযননা" কযাদা চুনথ্রবা মৈতৈগী বাহয অমস্থুং থম্মোইগী ছন্দনো। অত্তুবু অমুক সমরেন্দ্রগী নোংচুপলোমদগী কন্না শীংলকইবা হৌজিক্কী কবিতাগী স্থুব - "অগ্নি পরীক্ষা—অত্তুবু রামচন্দ্র। অত্তুবু

রামচন্দ্র" তাবদা পুক্নীংদা ওঃোকপা লাঙতক্পবা, থম্মোই ঈবাং হৌবা অমা পোকই।

পুন্নমক অসিনা তাকপদি— মণিপুরী কবিতাগী ঈচেল লেপত্রি। খরনা ফোংনা চেল্লি, খরনা থুপ্না চেল্লি। বুদ্ধী কালেন খাযদ্রবা মণিপুরী কবিতাগী লৈকোননি—চাঁদ-বসন্তনি। প্রমোদিনী গী "কবি তর্পণ" হাযবা লাইবিক মচা অসিনা কবি পুন্নমকপু পুথোকপদি নত্তে, ওইস্নু ওইথোক্লবনি লাইবিক মচা অসিদা। অত্তবু লৈখিদ্রবা অমম্বুং লৈবিবা কবি কযাগী অপূনবা শকফম অসিনা অপাবা কযাগী মণিপুরী কবিতাগী মংথয়েং অহ্ন যামদ্রবদা খরদা ওইবস্নু পাকথোকহল্লক্লনি হাযবদা চিংনবা লৈতে।

নীলকান্ত

১৪।২।৫৭

# হীরম লামায়

———

# কবি তর্পণ

---

চাউবা—

শক ১৮১৭ কী ফাইরেন তবেৎনী পানবা শগোলশেল হুমিত্তা উবীপোক-কী মনুংচনবা শোর্বেবাল থিঙেলদা পোকই। খ্বাইবাকপম শাইগেনা পাকপনি। অপোবপগী মমিং মুক্তা সিংহ বোই, মৈতৈ ঈশে তৌবা নানি। তাপোকপীনা থম্বাল-লৈমনি, অনন্তশাই মন্ত্রা পূন্সিংগী কোন্দা পোকপী থাদোইসনা-না পোকপনি।

চহৌ মঙাদা অপোকপা কাযনৈ। অপোকপীনা লুখ্রাসীংদা চন্দুনা যুম অমা পানবগী হুপা হুপী অনিমক্কী মথৌ পূল্লপ কোকথোংনাই য়াম্না রানবসু, সনা ঈনা লাঙ্গোল্লব, অরূবা কোন্দা ওঙলনিঙঙাই, অন্ধবা শিনফমদনা পূন্সি-লম্বী ওইনা উবনা মচাবু মতম চানা মহৈ পীনবা থৌবাঙ্খি। মতম অতুনা নোংচুপকী মহৈ নিংথিনা শকখঙ-নদবা, অতুগা নোংপোক ঐখোযদগী অমদি ঐখোয়গী পাবোল পুবোন্না থনম্লিবা ইহৈসিদনা অফবা মহৈ ওইনদা উনবনা, মচাবু হৌন-লোনচং খঙনবা নিত্যাচব তম্মল্লী, অতুগা মীবক-তিনবা-যাবা মহৈ পীনবগীদমক সাবস্বত ব্যাকবণ তম্বা চৎহল্লী।

অপোকপীগী পোইবৈ যেংতুনা যুমদা নোংপোক ঐখোযগী লাইরিক তম্নবসু থাংমৈবন্দ এল, পি, স্কুলদা মতমগী লাইবিকসু তম্মী। নিম্ন প্রাইমাবী ছাত্রবৃত্তি পবীক্ষা পাশ তৌতুনা মথংদা জোনষ্টোন স্কুলদা কায় স্কুল অসিদা ক্লাস নাইন ফাওবা তম্নগা শিলোং গভর্ণমেণ্ট হায় স্কুলদগী শক ১৮৪০ দা কলিকাতা

বিশ্ববিদ্যালয়গী প্রবেশিকা পরীক্ষা পাস তৌই। নোংদম থীবনা ক্রাইষ্ট স্নিয়ার লোইবকপা অতুরাইদা য়ার ফিবর তৌতুনা নাবদগী হকচাং মাঙখিহনা কলেজদা অমুক হঞ্জিনবা ঙমখিদে।

শক ১৮৪১ দা ইম্ফালগী বেঙ্গলী স্কুলদা ওঝা ওই। স্কুল অসিদা চহী তরা লৈরবা মতুংদা শক ১৮৫১ দা জোনষ্টোনদা কৌশিল্লী।

য়াম্না কনা হৌবা ছাত্রনি। বৃত্তিদা ফংহনা তমখিবনি অতম্বা বিষয় পুন্নমক্তা ইকদ-করবশু মশানা যাম্না নীংখিনা হৈখিবা অমদি ওঝাশিংনা শকথংনকম ওইখিবমক্তি বাঙ্গলানি। মতম অদুগী অফাওবা বাঙ্গলা লাইরিক অফংবমখৈ নৈনখি। অম্মুন্না অনৌবা বাঙ্গলাগী সাহিত্যগা নীংখিনা শকথংনখি।

মৈতৈরোল অমদি মৈতৈ সাহিত্য হিঙ্গৎনবা হোৎনবনা পুন্সিগী ব্রতনি। মৈতৈবোন্দা রাস, শযন, খুবাক-ঈশৈগী ঈশৈ লেংই। মানা ঙমজবমখৈ হোৎনহনা, লৈজবমখৈ পুখোক্তুনা মৈতৈবোন্দা রাস কৎলি, শযন তৌই অদুগা খুবাক-ঈশৈ লিখৎলি।

মাগী মতমগী মমিৎ পাঙবা পুম্নমক খোমতনা মৈতৈরোল অমদি মৈতৈ সাহিত্য সেবাগী অদুগা লৈবাক্কী সেমগৎপা য়াবমখৈ সেমগৎ-নবগীদমক মিত্র সমিতি হায়বা খুৎ অমা সেম্মী। যাকাইরোল, ললিত মঞ্জরী পত্রিকাদা কায়দনা ই। মিংনাইদবী অদুগা জ্যোতিংগী সম্পাদক ওই। চৎলিবা মৈতৈ সাহিত্যগী খোঙহৌদা চোংথোকখিবা খুমাবা লাইবিক ইবশিংগী মহুংদা লুচিংবনি। অচৌবা কাব্য অমা করি অমা ইবগী রাখল তৌদনা করম তৌরে হায়রগা অভাংশিংগী লাইরিক রাংলোইগদগে হায়রহদা থনখি। ফিদম, রাখল, ছাত্রমচা,

কান্নবা রা, রাখলগী ইচেল, থায়নগী লৈরাং, সাহিত্য অহানবা অতুগা গ্রামার কম্পোজিসন, ট্রান্সলেসন-নচিংবা লাইরিক মচাদা ইতুনা অঙাংশিংগী অরাৎপা মেন্নবদা হোৎনখি।

কাব্য মশানা পামজবনি। অঙাংশিংগী য়েংবদা লৎনতুনা থম্বনি। শেহ্লোদবা পুংফমদদি মাগী মথুত্তা তাদনিঙঙাই করি লৈ। অসিগুম্বা শেহ্লোদবা পুংফমশিং অসিদা লবঙ্গ-লতা, মথুরা-বিরহ, বীরেন্দ্রকুমারী, নব-মালিকা পোকখি। মখোয়সিগী মনুংদা লবঙ্গ লতাদি মঙাল উরে। চৎলিবা শক ১৮৭২ গী মেবা থাশি শগোলশেল হুমিৎকী নোংঙাল্লমদাই, পুং ৩ মিনিট ৪৫দা লৈতে।

( মৈতৈ উপন্যাস )

অনৌবা মৈতৈ সাহিত্য অমসুং চাউবা—

অনৌবা মৈতৈ সাহিত্য পোকপা খোর্জেইশিংগী মনুংদা অমদি চাউবানি। রাখল পোকপা রাবেং মচা মচা কয়া মহাক্না ঙম্মী। সুংশিবা হাপ্পা শৈবেং মচা মচা কয়া পুথোক্তুনা শৈবেং মচা থাংবশিংদসু মহাক অতুম যাওই। অসিদসু নত্তুনা, সুংঙাইবা পীবা রারী হাপ্তুনা রাবী থায়বশিংদসু মহাক অতুম মযাওই। অতুনা মৈতৈ সাহিত্য কোক্তা মহাক্না পানবা শঙফম— রাবেংফম অমা, শৈরেংফম অমা অতুগা রাবীফম অমা—অহুম্নি। খুনাবা অমা ওইবগী হৌনবা মহাক্কী রাবেং শৈবেং পুম্নমক মখল মখলগী অশোয অঙাম কয়া কয়া লোযচেন্নবা ঙাক্তি। লোয়চেন্নেদি হাযববু পুম্নমক অতুম মনীংথিজে। করিনা। মশানা নীংথিজনা পৌক্রবা পোৎলমগীদদি মাঙননীঙাই ওইবা শাগোন্নবা অশোয়বমকসু করি কবিগুম্বদা মাঙনরম ওইবদি লাঙ্গৈরতুনা কানরমতুম ওইনা মথোকই। মায়হিং

শকমাঙননীঙাই অচৌবা অমনি হাযবা জগৎ কনানা খঙলোইদৌনীঙাই লৈ। অহুবু মশানা মক্কজববা থাশিদদি মায়হিংনা লৈতেংহুম ওইনা থোক্লে। অহুনা গুরু কবিশিংনা শক্নবম্মী, "গুন্না মবৈববদি দোষনসু গুণ-থাং কাননীঙঙাই মওইনৈ।"

থূমাবা খোর্জ্জেশিংগী মহুংদা মৈতৈ ব্লাহৈ অবিবা যাম্না পাম্না শীজিন্নবা হৌবা মহাক্লা মহাল্লে হাযবা মহাক্কী ব্লাবেং শৈবেংগী ভাবোক্শিংন, খঙদনীঙঙাই লৈতে। অদুগা অমুব অমবোমদনা প [illegible] নশীজিন্নর্বান মপোল মুন্না খঙডুনা তৌব, নত্তে হাযবনু খঙলোইদৌনীঙঙাই লৈতে।

ইরি ঃ—

"ইনুংশোবা তৈবকলে চিংখৈ ফিজুপ্না হুন্নকলে
ক্বাক্কী লাম্বাউনা শীনখবে।
খুনগী লৌবাং শুবনা মঙ্গোৎ লাঙ্গোন পানজনা
লৌবুক্কী মাযগৈ তমখবে।"

(লৌউবা—থাযনগী লৈবাং)

"যাঙ্গোই খুরুপ থৌহুনা নুংথিল কোবো হনবনা
নোংচুপ চীংযা তমখবে।
লাঙ্গোন য়োৎলম ক্বাৎলম্বা যোৎলৈ নোংথাং শাবম্বা
ঙম্না মশিন থাখবে।
... ... ... ...
... ... ... ...
... ... ... ...
ইনুং শোবা তৈবদা ঈমুং ফমজাও মথক্তা
খোয়েন যাতাগে লারুখি।"

(লমগী চেক্লা অমদা—থায়নগী লৈরাং)

থক্তা লৌখৎলিবা শৈরেং মতেক অনীসিদা অহানবগীদা যাওরিবা 'ঈশ্নুং শোরা তৈরকলে'না 'নোংঙাল্লক্লে' হাযবনি, অদুগা অকোনবগীদা যাওরিবা 'ঈশ্নুং শোরানা তৈবদা'না 'অহিং ওইরবদা' হাযবনি হায়বা ভাবোক কনা খঙদনিঙঙাই লৈ। অদুদি মরোল অনীমক চৎপদগী খোর্জেনা শীজিন্নবশ্বা নত্রগা মবোল যেঙঙ্দনা অর্থনবা রাহে অসীদা লৈবিবা তাবদা হুঙঙাইবা মহুঙঙাই অসিনা স্নুমখিত্নুনা মহাক্লা হেক্তা মশীজিন্নরম্ববা যেংসি।

ঈশ্নুং শোবা তৈবা—হুমিৎনা শোবা চীংদগী ফেঠ্লেননা হুন্দো-বকপা হাযবনি। মোইবাংগী খুন্মাংদা লোক্তাক খোঙবান্দা লৈবিবা চীংশাং মচা অদুগী অরাং ইথং থংবা অরাংবা চীংদোল অদুগী নমিং ওকশুবাকপা খোদেমচীং কৌই। অদুগা লৌশী পাৎমাংদা লৈবিবা শোবা চীংগা নোংপোক নোংচুপনি। খোদেম-চীংদগী যেঙঙকপদা কালেল থা তকক্লা শোবাদগী অরাংলোমদা অদুগা নিংথম থা তকক অমনা মঙোন্দগী মখাবোমদা হুমিৎনা ফেল্লে ফেল্লেননা হুন্দোরকপা উবদগী নোংঙানববু কেগে মোইবাং অশৈবশিংনা 'ঈশ্নুং শোবা তৈবা' হাযনা শৈশরুবম্বনি।

অদুনদি খোর্জেনা মবোল উনা শীজিন্নবশ্বা নত্তে, অবিবা লোন্দাশিং অসি মহাক্লা পামজকবদগী পঙশী মশীজিন্নবম্বদাসি হাযকবদা করি অমুক লাল্লুনীঙঙাই লৈবি।

ভাবোক কনা কনাগুম্বনা মসি মশোযখিবগী মহুংদা থম্মীংলম্বা যাওবম্বসু ময়াই। অদুবু মহুদি ওইশনবদা খরগদা নত্তনা পুমম্মা রানা থোক্লগনি হাযবা মখাগী অসিনা অদুম মতাকই।

"থাপনা লৌরাং শূরম্বা খুনগী ইপা ইপম্না,
রাখল চাউবা ঐঙোন্দা চংলক্লিবা অহিংদা
লৈপাক লৈমা শিন্নরে, অরাবগী লম্বী য়াল্লক্লে।"
[ অরাবা ইশৈ ( অনুবাদ )—থায়নগী লৈরাং ]।
"ঈম্নুং শোয়া তৈরকলে চিংথৈ ফিভুপ হুল্লক্লে
কাক্কী লাম্বাউনা শীনখবে।
খুনগী লৌরাং শূবনা যম্পোৎ লাজোন পান্দুনা
লৌবুক্কী মাযগৈ তমথরে।"
( লৌউবা--থাযনগী লৈরাং )।

থক্কীদনা 'লৌরাং শূবা' মুংথিল লৌ যেংবদা শীজিন্নবে, অতুনা খাগীদনা অয়ুক লৌশূবদা শীজিন্নবি। মুংথিল লৌবুক কুম্ববু লৌরাং-শূবা অতুগা অয়ুক লৌকুম্ববুনা লৌকুম্বা হাযনা চংনৈ।

থক্তা নৈনরিব। মবম অসি খোর্জেগী য়াবেং-শৈরেংশিংদা যখল মখলগী অশোযবা কযা কযাগী মনুংদা অমত্তংদগীনি। অতুগু লোইবা নত্তে, মচেৎ অমতং হাইফেত্তা মউৎপনি।

অতুদি অশোযবশিং অসিদগী খোর্জেগী য়ারেং-শৈবেংশিংদা করি মাঙনৈ? করিমতা মাঙনদে, কজবা মফজ অমতুম ভাবোক্তা পী। নিংথম্না লোইবকপা কাম্বীনা লাকপা হৌববা কুম্লোযনবা উচেক পীথাদোইগী লক্তা খোঙফম-ঙল্লকপশিংনা মথরায়নদি খোংজনিং মতম্নদি কুমজীন্দা ওইবনা মরোন্দি তাদনা খোংবা মখোংনা ভাবোক্কী নাকোং থুম্বগুম অমদি থম্মোই থলহনবগুম শোযনা শোয়না ভাবোক্তা মুঙঙাইবা মনুঙঙাই অমা পী, অমদি ফজবা শকফম অমা উৎলি। মতম লাকোন কোম্মোক্লবদি তেংবানগী

লাইগুরোন পংখৈদা মৈতৈ ঐখোয়গীসু লাচন্নবা শোয়দে হায়বা লুগুগাইবা রাখল অমা পোকই, মতম মতমগা চুনবা নীংথিরবা মৈতৈ সাহিত্যগী মশক ভাবোকী মিত্তা ফাওই। মাগী মরোল তাবা তাদবগী থল্লুনিগুগাই তাঞ্জা কনানা পারুই। হেক্তা তাবদা কেগে অশৈবদগী রু-রু—রু—রু না মাগুওইননা চেন্থরক ভাবোকী থম্মোই থুম্মংখিবা ভাক্তা নত্রা।

অশোয়-অভাম ময়াম অসিগী মরক্তা খোর্জেনা ভাবোক্তা করি গী। খোরিবোল কোন্নবা লোনগী মস্থংদা মৈতৈরোন্না মরাইবক মথীরে হাযকবা পঙলান লালনীভগাই থোক্ত বনি। নীংদম্না প্যাঞ্জ-রিঙৈদদি নোংপোক-নোংচুপ, খা, অরাং—মাযগৈ মরিদগী লাকপা মীওং অমদি লোনচং পুম্নমক লোইনা চুপশিল্লগা মশাগী ফিগৈ অমা নীংথিনা তানা মতমগা খোলোযনজরকপা লোন্নি। মৈদিগুগু চন্নাইবোংবনা পানবা লোইবমদাই অত্থরাইদা মৈত্রবাক্তা গৌড়ীয় ধর্ম্ম লাকপা হৌই। মৈদিগুগু পামহৈবগী সনা হাক্তক্তনা রামান্দী লাকই। মৈদিগুগু মুযাম্বগা মনাও ইবুঙেঙা মৈদিগুগু চীংথংখোম্বগা অনিগী স্না হাক্তক্তদি গৌড়ীয বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি কন্না ফুজিল্লক্লে। অত্থনা তাঞ্জা অসিরাইদদি মৈতৈবোনগা গৌড়ীয সাহিত্যগী লোনগা অনী ঈফাংননা চেনবা হৌবে। অত্থদা মৈতৈবোন্না অবাকপমখৈ চুপশিন-বদনা মাগী মশিঞ্জাং ওইবনা নোংম-নোংমগী অস্থম অস্থম চুপশিল্ল-কত্থনা মশাগী ফীবম অমা তানবা শীঞ্জরকপদা তাগে তৌবিবা তাদি তাত্রিবা অচরাইদা ইঙ্গ্রজীনা পাল্লে অমদি বাঙ্গালীনা কোইবৈ। মখোয়না লৈবাক কোইথিবদগী বাঙলা অমদি বাঙলা সাহিত্য লাকখি। হান্ননা লৈরম্নবা গৌড়ীয় সাহিত্যগা পাত্থনা মৈতৈরোল

ঈবোল চনশিনখিবদগী মৈত্রবাক্তা লোনওং অনা পোকখি। লোন অসিদা নোংমা-নোংমগী মীবৈবাক রাহৈনা মথং মথং চঙশিল্লকপনা মৈতৈরোনগী শকক্তি অয়ুক হুংদাংগী রাহৈদা মযাওহৌই। মমে-থংদদি অয়ুক হুংদাংগী রাহৈশিংতুমক্কী মহুংদসু অয়াম্বা মীবৈবাক রাহৈনা শিনখি। অতুনা অনৌবা মৈতৈ সাহিত্যনা পোকপা অতু-রাইদা মৈত্রবাক্তা লোন্নবিবা লোল অসি মকমক্কা পূমহং তংনববনি হায়বমক যাদ্রবসু তংননীংচিং তৌববনি হাযকববদদি থোইনা লাললনীঙঙাই লৈত্রবনি। অসিগুম্বা লোনওং অমনা পূক্রীংগী রা অমা ফোঙবা তাববদা—অবাযবদি খঙদে, অচম্বগীদি হাযকবা ঙমদে, রাকম অতুমক্কা অয়ৌবা অকবা অমা ওইববদা—ফোঙঙী কবয়া হাযগনি অতুগা ফোঙদেগু কবয়া হাযগনি। তাঙ্গা অসিদা কনাগুম্বা খোর্জ্জে অমনা সাহিত্য খবদং পীবদা মমল করিনা থাকনীঙাই লৈ। তাঙ্গা অসিদনি চাউবনা মহাক্কী রাখল, ফীদম পীখিবা। অনৌবা মৈতৈ সাহিত্যদা মহাক্কী শকক অঙকপা ফঙঙী হাযবা নত্তনা অতৈ কবি হায়কনীঙঙাই লৈগনি।

অতুদি মহাক্কী শকক অসি মশাগী মমন্দি লৈতনা মতমদনা মমল কাখিববা? নত্তে। মহাক্কী রাবেংদা রাখল-হক্লবা কালীপ্রসন্নগী চীক্লবা খূৎই ফঙঙী, মহাক্কী রাবীদা রাবী হৈবা বঙ্কিমচন্দ্রগী নাকোং থুম্লবা মমি তায, মহাক্কী শৈবেংদা মমাবোল-মীবাযকবা মাইকেলগী থম্মোই-কাযববা অহীক-খোল, মমাদ-নীংলবা মুকুন্দগী হুংশি থুম্লবা য়াকাযরোল শৈশক তাবা ফঙঙী। বঙ্গগী চৈজিংবা নবীন, হেম, সবয়ু অতুনা তাম্লবা আটলান্টিক ঈথংকী হেরীক, লংফেল্লো... নচিংবা শৈশক-শৈদা মহাক্কী শৈশক্তা তাবোইদবা কনা লৈ?

চবোয়গী অহানবা তেঁ
হারিগী অহানবা নেঁ
হারৌগী অহানবা নিঁ
ক্বাককী অহানবা কঁা—
মালেম যাকায়রোল লোববা—
পাল্লু পূন্না খোল্লৈ 'মদা
নোঙডাল্লমদাইনা পানবগুম—
তাগনি শৈশক চাউবগী ।

মীনাকেতন সিংহ
তাং ১৪ । ১২ । ৫০ ইং ( য়ুমশকৈশ )

# কবি-তর্পণ

——(★)——

## উইনবিয়ু অরোইবদা নঙগী নুংশিবা শকফমদো

উইনবিয়ুকো (ইমা) নঙগী নুংশিবা শকফমদো
তোল্লবা নচানা কৌজবা মতমদা।
অশংবা ফিজেৎনা ইমাগী, ভক্তো লৈনা থাম্বা,
বৈজযন্তী মালাগুম হাইহুম্বা
নীংথিবা খুথেকনি জগোঈ নুংশিবা কোলোইনি চেক্লাগী—
উজগে তাজগে চানবিয়ু ইমা।
ঙেংজনীংদে অতৈ ঘজবা নীংথিবা—
উইনবিয়ু অবোইবদা নঙগী নুংশিবা শকফমদো।

---

## নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা

চৎকদবা চৎখিসনু
নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা?
চেক্লাগী নুংশিবা কোলোয়
লেপথ্রনি য়াচংবদা।

লেপকদবা লেপখিসন্থু
নঙদা লৈবিযু নাক্তা
ঐগীস্থু কোলোয হুংশিবা
লেপখি ননাক্তা চঙবদা
লেপকদবা লেপখিসন্থু
নঙদা লৈবিযু নাক্তা ।
ঐগী অচীকপা বাঁশী
খোংজবা থম্মোই হুংদা
শিন্থনি মিৎলুদা ঈবা
নঙদা লৈবিযু নাক্তা ।

---

## খোংদ্রে ইমা ঐগী বীণাসে

খোংদ্রে ইমা ঐগী বীণাসে,
ঐগী অচম্বা খুৎখৎসিদদি ।
খোক্তে নে অচম্বা ভাটিযাল
ইশানা পামজবা ঙসিদি ।
পীবিযুবা ইমা অমেংবা মিঙ্গবাব
খচ্চগে থম্মোইগী তারদা ।
থোকসন্থু নামিবা মলযা
তাজগে নাকোংসী পেম্না ।

---

# নিজরোই ইমা অতোম্পা অমা

নিজরোই ইমা অতোম্পা অমা
পলেম থুযা খাদা
মিহৌজদে লনম্নু কল্লকউদে মিংচৎশু
পাম্মুদেকো অরাংবা খুভম।
পীবিন নফন লেঙ্গগে মতম
পলেমগী হুংশি [illegible]পাক্তা
ইমানা [illegible]বা নারাগী খোঞ্জেন্না
শকনগে মপুগী কোলোয়!

---

## নোঙ্গাখুবা কবি*

হাদা মৈতৈ কবি হুংশিবা। নঙগী থুম্লবা ঈচেল
য়েনবিবম্লে মৈতৈ শিংলি তুথুপ থুংনা—
ঙসি নোংদা কোবৌ থোঙবু হাংতুনা
তাইবং মীৎলম-থম্লিংঙাই ওইবা পোলাংনা
মালেম থক্তা মিপাইনববা খাম্বী থক্তা থনম্না
অচিকপা লমদম থিখিবা লেঙদবা থরাযনা—
কদাই করম পাংখিবনো খঙদবনা—
মীরম্লেন্দা লৈহৌবা ঐখোযনা নঙগী কোলোয় শক্লা
খুকউ লৈতাজরগা নঙগী মায়কৈদি খঙজদনা

---

*খ্বাইরাকপম ৺চাউবদা পীবা প্রেমাঞ্জলি।

খুৎ য়াংবা থাজৎতুনা, হয়া হয়া কৌজহনা
খম্মোয়-লৈয়াং খরদং মিৎলু পিয়াং হীক্না শিম্বনা
খুজোক থয়া পায়রহনা নঙগী মংলেন থজা খিকচবা
মুংশিনা পীজবনি খন্দুনা লৌবিয়ুকো চানবিনা—
পুক্লিং লৈরাংশি নত্তনা লৈজদে করি খোইনা—
লৌবিরয়ো হে মৈতৈ কবি মুংশিবা।
তাইবং মালঙবানগী কায়নরসিকো মুংশিনা হে কবি!

নহাক্কী
শ্রীইবোহল সিংহ খুমন্থেম্বা
থৌবু—সাহিত্য ঈচেল।

---

## চাউবা কবিনা লৈতবদা

চৎলনি ঙসিদি, চাউবা কবি চৎলনি!
অঙৌবা ফিরুক খুমহনা
তাইবংদগী চৎলনি।

হৌজিক উবা মাইখোঙনা অয়োইবগী মাইখোঙনি,
ঙসি তৌবা বিদায়দি অয়োইবগী বিদায়নি।
কবিগী কলম পায়রয়োই মহোশা দৃশ্য য়েংলয়োই
উরিপোক সড়ক চিদাইদা
নোয়ুকপা কবি চৎলয়োই।
শাৎলকনি লৈপাকলৈ কুমগী মতম ওইরগা

লৈতবনা ইবিনবা লৈকা কন্না শাৎলগা,
অয়েম্বদা খুইরনি ।

'মেলৈ লৈন্না নুংজুমপান' কদাম্বনা কৈরা থক
লৈচন খণ্ডদা লৈমনবা তেংথাবিনবা লৈরয়োই ।
'থাইনগী লৈরাং অমনবী মন্না মন্না লৈন্নুংশি'

লৈরাংবিনবা লৈতবনা
সাহিত্য কোন্দা য়োৌরয়োই ।
চিন্নদনা কেল্লেদো । চীংদা শাৎপা ইত্তৈন্নে,
লৈরাং নঙনা কেনবদা
কল্পকপা কবি লাক্লরোই ।

শরৎকী থাবল থোকলন্নু, চীংনুংগী তান্না খোংলন্নু,
ওলাংথাগী মাকমৈদা অরোইবা গোলাপ শাৎলন্নু ।
চাউবা কবি চৎলনি, লৈত্রে ঙসি কবি লৈত্রে,

মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা
ফজবগী পূজারী ।
লাকউগবা অমুক্তং মতুংগী মপোক অমদা,
পারোগবা অমুক্তং
নহাক্না ইরম্বা কবিতা ।

হৌখ্রবস্ন চহি কয়া তারমগনি মচেৎ কয়া
খণ্ডনদবা চেনা লক্তা নহাক্না ইরম্বা কবিতা ।
পারথো কবি নহাক্কী স্মৃতি, সনাগী ময়েক্না ইন্নিবা

মৈতৈ সাহিত্য মন্দিরগী
ফক্লাং ফক্লাং খুদিংদা।
নত্রবসু অহুগা, বসন্ত নোংগা পাইবকউ
লৈবাংগীদি শাৎনফম চেক্লানা রাবে পোথাফম
মৈতৈ লৈকোন্দা যৌবকউ।
কুমগী নোংগা তাবকপা নহাক্কী পিনা চোংলগা
যেন্নিং হুনসন্ কবিতা মৈতৈ সাহিত্য লৈবোন্দা।
লৈচিন নোংফাই লক্কগী থাবল্লক্কা শরুকউ, খোঙেল্লক্কা
তাম্নাগী
ছন্দ ছন্দা খুদিংদা
অবোইবা নাইদবা কবিতা।
ফুংঙাইদা অশিংবা। হৌজিকপু হিসাব পাবিবা
অমাঙ অতোং নাকন নাকন,
কবিগী অবোইবা খোঙচৎপু।
লোইবে য়েংবা তাইবং মেলা লোইবে তাবা রাবী কয়া
লাক্লে মতম চৎনবা ওইরে হৌজিক পুংজা।
অরেম্বা থাতা খুমজিলো, অঙানবগী লৈবাক্তা
অমম্বগী লৈবাক্তগী
চাউবা হৌজিক চৎলনি।
তিনখরে ঈপাক্তা! পীক্লা চেনবা তুরেন মচা,
তিনখরেনে থরোগী মনম
থাবল্লক্তা অহিংগী!

হৌরকফমদগী হৌরকই, হনকম য়োনা হনখ্রে
তাইবং শেম্বা মপুদা চাউবা কবি তিনগ্রে।
হৈতবা থুৎনা ইরবা পরেং ময়াম অসিনা
লৈরাং পরেং ওইনবু
কবিগী পূজা তৌবগে।

রাজকুমার শ্রীবলজিৎ সিংহ

---

## য়াকায়রোল

ইমা, ইমা, হোগৎলোনে ইমা,
মিকপ্লোনে ইমা
ঙসিদি ওইন মঙলান্দা!
মতম কুইনা যাহিপ্লবী,
মচা লৈনা চানংলবী,
মারা খোঞ্জেল তাদ্রবী,
ওইন-ঈবা-কংদ্রবী
তৈথোগ্লোনে ইমা,
ঈবাদি মিৎম্না থম্বান্দা।
মীতম্বাক্তা চাউরবা
মীরোম্নীদা তাংলবা
পলেম চেংলো থম্লবা
শক্যানিদা তোম্লবা

কৌরগেনে 'ইমা'
ঙসিগী কোরৌ নুমিত্তা !
ইমাদি থুম্নবা মিঙ্গৌনা,
নোংথক নোংখা'নী ফাওনা
হৌরসন্নু ইমা,
নচাগী হীক্ল'লকাদা !
ইমা, ইমা, হোৎপংলোনে ইমা,
মিকপ্লোনে ইমা,
ঙসিদি ওইন-মঙলাদ্দ।

( বসন্ত শৈরেং )

---

# মৈতৈ কবি

নারক্কা শাৎপা লৈরাংনা
নম্বানবা য়াওদনা
অরেম্বদা কেনবঙুম ,
ঈয়ায়দা লোৎপা মণিনা
যেংবিনবা লৈতনা
অরেম্বদা ঙানবঙুম,
চীংন কোযনা পনশাবা
হাওনা কোয়না পনঙাকপা
মণিপুর সনালৈবাক্লা,

অরেম্বদা ভাল্লম্মী।
অরেম্বদা শাৎলম্মী।
খঙবিনবা লৈভনা
রাখল অসি খনবদা
অহিং হুংথিল অনিদা
অরাবনা ফুম্বংনৈ।
গোমুখীগী নাপোমদা
ভাগীরথা গঙ্গানা
ঈচেল ফাংনা চেনবগুম,
খপ্নোই লকা হুংত্নদা
শিম্বকপা লাইজনা
মিৎলুগী নাপোম থম্নরি।
নচাগী পাসোম চাউড্লিনৈ
পালেমগী হুংশিবা খঙড্রিনৈ
ইমাগী সেবা ঙমলমদ্রি।
( পালেম শকপি ইমাও। )
তোল্লবা নচা ঐখোয়না
খুজেং পাল্লোইনত্তনা
যাকায়বোনবু খঙগে।
লাঈরবা নচানা
প্রেমগী ধারা নত্তনা
কৎচনিংঙাই লৈজদে

থম্মোই লকা হুংহুদা
ভক্তিগী আসন মথক্তা
লেঙশিনবিয়ু পলেম্নও।

পুন্সিগী মিকুপ খুদিংদা
খুম্না থাবু কাউদবা
শীনবিয়ু ইমাও।

লাঙ্গৈববী ইবোম্নি
থঙদবনা হাযবনি
মৈতৈ কবি লাকখিনি।

ইহুংশোবা তৈবকলে
চীথে ফিতুপ হুন্নকলে
থাক্কী লাম্বাউ শীদ্লনি।

হুমিদাংম্নাইগী কাপ্পুদা
অময়া কোবি চেনবদা
পুম্নীংগী ভোর্বানথক্তুদা

ম্নাথনগী আসন থাদনা
ঈথক ঈবৈ খুদিংদা
পলেমগী তক্তবা যেংজহৌ।

থাবন্না ইপোম হৌববা
শাবানবা অহিংদা
ইমাগী নীংথিবা য়েংজহৌ।

পোম্বা য়েংই রাম্ভেদো
চেক্লা য়েংই নোপ্তেদো
কবিনা রাংপা হৌনদে।

বসন্তগী মতমদা
পৃথ্বীনা ভাংভ্রানবদা
অযাম্বা পোম্বী চেক্লাবা

কৈরাথক্তা ফমতুনা
মপুগী কোলোয় শকলিবা
কবিগী মিৎফম্না য়েংজহৌ

শরৎকী থাবন অক্লাবা
কালেন লৈরাং কজবা
কবিগী হরাও-নফমবি
(পলেম নীংবা ইনাওশা)
কোর্ব্বাক মাঙদা থা
খোর্জ্জে খুৎতা পায়
পলেমগী নীংথিবা খোংচিনবগে।

মপুগী থৌজাল ফংলবা
অসিগুম্বা লমদমসে
কবিগী পোক্ল-ফমনিঙ্গো।
ইচিন ইনাও পুন্নমক
লৌচিং অমতা ওইতুনা
পলেমগী লমম থুম্নবা,

লৌশিংগী থাওমৈ থানসত্নু
ইমাগী সেবা তৌসত্নু
মৈতৈ কবি লাকখিনি।
(খায়নগী লৈরাং)

---

## চীংগী লৈরাং অমদা

লৈবাং নঙবু কনানো ?
লোইবী চীংগী নাপোমদা
পামেল ক্যাম্নে মথক্তা,
লৈকা কয়া নোকইবা
শীতেল নমাম্নবস্তু উদা,
লৈরাং শামাম্নবস্তু যাওদা,
লৈরাং কনাবু যেংতুনা
কৈরাথক্তা ভাম্লিবা ?
মেলৈ লৈম্না হুংজুম্পান,
কদাম্বদি লৈমুংশি,
লৈরাং লৈচন খঙদনা
মাঙগদবা পাম্মুইদো।
খায়নগী লৈরাং অমনবা,
মজল মজল লৈমুংশি,

লৈরাংবিনবা লৈতবনা
	লৈমনিংখৌ য়্নোন্ত্রেদো ,

লৈবাং নঙবু উবদা
নঙগী রাস্নু নীংশিংদা
ঐগী রাস্নু খল্লুদা,
	রাখনগী ঈথক হৌরিবা ;

নঙপা মরুপ ওইবদা
ঐগী রাখল মরুপনা
মাপংবগী তান্থা চানবা
	লৈনা জগোই শাবিবা !

শীতেন নঙবু উববদা
লাইবকথীবা কবিনা
চাংজৌ নাইত্রবা ঈপাক্তা
	রাখনগী ঈবৈদা লুপ্লিবা,

লৈরাং নঙবু কনানো ?
তোৎন তোযববা তাইবংবু,
লমলায়বা পামহ্ননা
	অচিকপদা লোৎলিবা ।

চীরাইদবী মরুপলোই
পামেল ফৈবাথক্তুদা
শত্তুনা পূমহ্ননা মাঙখিবা
	ঐদি খনবা ওমজরোই ।

হুংশিরবা মরুপলোই
ঐনা পোমশাংনবদি
উবিবস্থু পামজদে
খাগংপস্থু মিহৌদে।
মখোয় তাইবংমীগুম্না
মপান্দা অফ শাজরোই
নীংবগা তৌবগা মান্নগে
পূকচেল শেংবা ভমজগে
কাগনি হাযববস্থু কল্লক্তে
তাগনি হায়রবস্থু বাকদে
পুন্সীগী পুংজা খুদিংদা
মপুগী যাথং ভাকনি॥
মপুগী খুভম অচীকপা
অপাম্বা নঙগুম্বা কনানা
লাক্ত্না য়েংগে য়েংশন্থু
লৈরাং পূক্লিং পেনগনি।

( থায়নগী লৈরাং )

---

# লোক্তাক মপান্দা

( ১ )

৬সিদি পূন্সীগী, অনৌবা ঈচেন্দা
অনৌবা ঈথক্কা হৌবক্লে
ৱাখনগী ঈপাক্তা, অৱাংবা ঈরৈনা
পূরূ'ংবু থূম্মাৎনা কারকলে।
মৈতৈগী ঈপাক্লা, মাঙদা ঙানব'হু
ইমিংন' উবা ফংঙ্করে।
মৈতৈগী ঈপাক্লী মাঙদা ঙাললিবা,
ঐখোয়গী লোক-তাক হায়বসে।

( ২ )

ঈযাযদা শাংলিবা ফজবা নৈবাংনা
উবদা মিৎফম্মু হোংদবা,
মবক্তা তাবিবা, নাংগিবা চেক্লানা
হুংশিবা কোলোয় শক্লিবা,
খুনগী পোম্বীগী, ৱাম্রবা পুকৈনি,
অযাম্বা চিঙ্গাক্লা থল্লবা।
মৈতৈগী ঈপাক্লি মাঙদা ঙাললিবা
ঐখোযগী লোক-তাক হায়বসে।

( ৩ )

নামীবা হুংশিংনা ঈথক্তা হুম্বদা
ঈপাক্লা জগোই শারিবা

হিথক্তা তোংত্থনা খুনগী ইমাশিং
ঈনগী জগোই লৈরিবা।
ঈথক্কা চাননা নুংশিবা কোলোইনা
নৌগী তাম্বাবু পীরিবা।
মৈতৈগী ঈপাক্লি, মাঙদা ঙাললিবা
ঐখোযগী লোক-তাক হায়বসে।

( ৪ )

থাঙগী খুঙাউদা, কবাংগী হৈকোন্দা
নীংথিবা হৈবাংনা ঙাল্লিবা
হৈকক্কী যেল্লানা লৈবাংগা লোয়ননা
খুনগী 'কোযবদা শাৎলিবা।
অযাম্বা চেক্লানা ফৈবাগী থক্তুদা
নুংশিবা কোলোম শক্লিবা
মৈতৈগী ঈপাক্লি, মাঙদা ঙাললিবা
ঐখোযগী লোক-তাক হায়বসে।

( ৫ )

কুইনা নীংলবা, পূক্নীংগী অপাম্বা
ঙসিদি থুংজবা তারেদো।
হিথক্তা তোংত্থনা ঈপাক্লা তোবগুম
নৌগী জগোইবু শাজগে
নীংজবা থুংত্থনা মিৎলুগী নাপোমদা
তরংগী লাইজবু শিম্বগে।

মৈতৈগী ঈপাক্কি, মাঙদা ঙাললিবা
ঐখোয়গী লোক-তাক হায়বসে।

( ৬ )

ঈয়াষদা থুংবদা, মপুগী নীংথিবা
গুণবু উজবা ফংহুনা,
ঈপক্কা লোয়ননা লেৎবা পুক্কিংনা
মপুগী গুণবু খঙহুনা,
রাংলবা খোঞ্জেলনা মপুগী গুণবু
শক্কুনা পুক্কিং পেন্নসি।
মৈতৈগী ইপাক্কি, মাঙদা ঙাললিবা
ঐখোয়গী লোক-তাক হায়বসে।

(থায়নগী লৈরাং)

# মৈতৈ লৈবাক

(১)

চীংনবু কোয়না পনশাবা
হাওনা কোয়না পঙঙাকপা
হৈরোং লৈবাংনা তিল্লিবী ঋতু তরুক্কা খোংগল্লিবী
( মণিপুর সনা লৈবাকও। )
রাখন চাউরবা কবিগী
লাইনা থাবা মকমনি।

( ২ )

বসন্তগী মতমদা
চীংয়া তমযা 'পুন্নদা
লুংশিংকী কৌরোই যেংহুনা খোইম্নু লাবা অমোমনা
লৈবাংগী খোঙলৈ চানবা
লুংশিবা কোলোয শক্লিবা !

( ৩ )

শরৎ ঋতু লাকপদা
থাবন্না ইপোম হৌবদা
তাম্রবা লোইবী চীথ্বাংদা নোংয়িনগী মতৌ তম্বদা
তামনা কৌবা চেক্লানা
পঞ্চম স্বরনা খোংলিবা !

( ৪ )

কনাগী তাযুক্কী ঈমাংযদা
থবো পদ্মাননা লৈতেংবা
লমগী চেক্লা লুংশিবী, য়ুমগী পোম্বী নিংথীবী
লৈবাংগী'লক্তা থেক্তুনা
জগোই তাম্বা থিরিবা !

( ৫ )

কনাগী সন্ধ্যাগী মালংদা
অস্নুম্বা সিন্দুবনা লৈতেংবা
কনাগী মরম লল্লেন্দা, কাওরেন শক্তন মতমদা

সন্ধ্যাবতিগী খোঞ্জেল্না
মায়গৈ তবা নিল্লিবা।

( ৬ )

কনাগী শংবানবা লৌবুক্তা
নিংথৌ'ৰ্ববাক্কা শন্নবা!

( ৭ )

লোইবু যোহৈ তাল্লিবা
শাবী শানৌ অপূম্বা!

থবাং চাংজৌ তবানা ইতু কাইদা লিশিংনা
চনৈগী ফি'াও শাত্না
ইমাগী থৌজান নিজবি!

( ৮ )

( পলেম শকপী ইমাও! )

মুবা দলানমু নিহৌদে,
ফিজেৎ চাকচামু কল্লত্তে,
চীংনা কোয়না পঙ্খাবা হাওনা কোয়না পঙডাকপা
লৈবাক অসিদা পোকচবা,
লেবাক অসিদা শিজবা।

( থায়নগী লৈবাং )

# মৈতৈচন্নু

মতম কুইনগী ভুংদা
লেঙশিল্লক্লে ইমা মৈতৈচন্নু,
মৈতৈ সাহিত্য-মন্দিব-মন্নুংদা
যেন্দাই থন্না লৈহাপ্পুনা,
কৎলুসি ইমাগী খুযাদা।

লৈ থিননবগীদমক্তা,
নত্তে অথাপ্পা উমংদা চৎকদবা,
নত্তে অর.ংবা উপাল কাগদবা ;
ইনক নকপদা, থুৎনা লাম্বা ফংবা
থিকনি পুক্লীং লৈকোন্দা।

পুক্লীং-লৈকোন্দা শাৎপা লৈবাং হেকতুনা
লিংজেল মান্নবগী ল.ংনা লেংতুনা
খাঙনা কনবগী য়েন্দাইদা হাপতুনা,
কৎলুসি ইমাগী খুযাদা।

লৈগী মন্দির শাকসি ইমাগী,
পামদে যোৎকী মন্দিব,
মাঙগদবা কোহ্লিং কাবগা,
পামদে নুংগী মন্দির,
লুপকদবা মতমগী ঈচেল হুমংদা

পামদে চেক্কী মন্দির,
ৱাংনা শারগা অমুক্তং,
মন্দুনা লৈবা মতম কুইনা ,
শারুসি লৈগী মন্দিব,
তাউখৎনবা মতমগী ঈথক মথক্তা ।

কংগ্রগা চোংলকপা অমুনইন্না,
অতুগুম্বা লৈগী চাবনা,
মন্দিব যুম্বা যুংলুসি ,
চাউখৎনবা মশা মবেং,
মতমনা অসুম কুইবকলগা ।

কুম্বী কালেন নাইদনা শাৎপা,
লৈগী চাব থিকসি,
থাকসি মন্দিবগী অকোঙ্গবদা ,
মখোঙ ঈংহনসি মিৎকী পি ইক্‌ৎনা

কংগ্রবসু অমাঙবা হকচাংনা,
লৈহৌসন্থ পুক্লীংগী লৈরাংন্থ ।
শাৎহৌসন্থ তগুপ তগুপনা
মাতৃমন্দিরগী অকোঙ্গবদা ।

মাতৃমন্দিরগী লৈনম ফুংশিবা
তপনা লিরি লিরি শিৎপা ফুংশিৎনা
হুমখিসন্থ মৈতৈ লৈবাক খুদিংদা ;
তেকখৎসন্থ শিরুম নারুম্বা মৈতৈ ।

পুন্নীংগী অশোংবা উমং ককথত্তুনা,
থাসনু তরু তরুবা লৈগী চার
মাতৃমন্দিরদা কৎননবা,
শেমসনু নীংথিবা নিকুঞ্জবন।
অথাপ্পদা লৈবা অনকপদা লৈবা
অচৌবসু অপিকপসু
নীংনসি মৈতৈ চনুগী মচানি।
লৈগী পবেং তত্তনবা।
হে লৈবাকমচা মাতৃসেবক!
স্বার্থত্যাগবা শিনহিদাক,
থাবিনু মন্দিরগী অরে ঈবনা,
পূর্ণবা [illegible] মৈতৈচনুগী
মাতৃমন্দিবদা হৌবা লৈপাকলগী,
কেন্নবপা লৈবাং মথোক লোঙ্গইহুনা,
পুখিদুনা মতমগী শিচেন্না,
তাউকসনু সমজ্রু শীনবা থুংনা।
মাতৃমন্দিরদা হৌবা লৈপাক্লগী,
চাউখৎলবপা মশা মবেংনা,
অত্যাদা থংসনু নোংগী লম্বী,
পোত্থারসনু মীরৈবাক্কী চেকলা।
মৈতৈগী তম্পাক্তা হৌবা লৈবাং,
থারুসনু সমজ্রু রাংমদসু

শাৎলসন্ন ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়দা ;
করি ঙমলোইদগে 'লৈ পরেং'না ভত্রবদি ।
( লৈ পরেং )

---

## চন্দ্রনদী

থাপনা উবিবা চীং অসি ওন্থোক্না ফজেদা ।
নৌনা পুক্লীং হূনা নীংথিদা ,
ঈংনা লিক লিক লাউইদা ।
শংবানবা অতিযামকপু নন্ধংলিদা '
মসি শংবানবা অত্যাগা শমনথ্রববনে ?
অমূক্তং যেংঙু ববদা
মিৎকম হোংবা যাদেদা,
অতুবু অওইবমক মাসি মাগী মচবনে ?
নত্তে,—মখোচদা চঙসবদি উবা ফংগনি,
শোঙলবা শা-কৈনা থল্লবা,
নাবকনি, তিংখং-তুম্বৌ হৌবা ,
তিংখৌ হৌবা লৈতেম মান্নবা লম খরতনি
অরাবনি অনকপা চন্দ্রনদীগী দৃশ্যদি
তোর্ব্বানস্নু নাবক ওইগ্রে,
মন্নুংস্নু নাপীনা থনগ্রে,
তৌইঙমসুং ইতিহাসগী ঈচেল চেল্লি লৈন্নুংদদি

মতম অমম্বা মহাকী অকনবা ঈচেম্না,
তোর্ব্বান্দা হৌবা উপাল রাপাল ফুক্তোকলমই।
হৌজিক্তি কন্তু গঙ্গাগুম্না,
লাইজ ঈচেল থাদোক্তনা
পুরীংশী অথুপ্পা মফমদা মরুংদ-মরুংদা,
অরাবশী ঈচেল চেপ্লি লোন্না লোন্না।
অতুগুম্বা ঈচেন্দা কনানসু উবা ফংদেদো।
কাঙ্গিপুরশী অরাবা পাউবু পুখিতুনা,
অহিং ন্নুংখিল নাইদনা
চেম্বরি অমম্বা সমুদ্র তমনা।

লোক্তাকলোমদা তমলমই, লাইজ-ঈচেল চেপ্লিউদদি,
মপাল নাইদবা অমম্বা সমদ্রে তমগ্রে হৌজিক্তি।
কনানো শকহেনবা মীগী তোর্ব্বান্দা লেপতুনা
ইরুজগে থোরাংলিবা, থোরাংবা মিৎয়েংনা য়েংতুনা ?
ইরৈবাক্তসু তুরেল লৈ, ঈচেল কংগ্রে থল্লিবতু,
তোতনা য়েংসি অমুক্তা, য়েংসি থোরকপা লাইজতু,
লুরবা লাইজ ফংগনি, ইরুজরবদি ঈশিংতুদা,
ঈংগনি পুরীং-হকচাং কয়া নুংঙাইগবা পুক্নাংদা
লৈ-সু থাসি তোর্ব্বান্দা, য়ৈসি হিদেম্দা চেক্সী থাক,
ঙমজরবনি ইরুজবা অশোন অনা পুন্নমক।
পোক্কম লমদম থাদোক্তনা, হাপ্তুনা থরাই থুবাক্তদা,
লন-তানবা চৎনৈ থুদোংথীরবা মফমদা।

ইরৈপাক্কী মনুংদসু মিংচৎ মমল য়াম্লবা,
ফুমহ্নুনা লৈরি লৈহুংদা, তাল্লুসি শকহেনবা।

( লৈ শরেং )

---

# মৈতৈ কোকিল

( কনাগুম্বা কবি অমদা )

হে মৈতৈ লৈবাক্কী কোকিল।
মতম কুইনা তাখিদ্রে নঙগী খোঞ্জেল।
পাইখ্রগে নীংলবরা শাউহ্নুনা,
নপিজ্ঞা কোকিল লৈতে উহ্নুনা।
লোৎপা যাবখোইনে হৌজিক্তি,—
নোংমা তাগোবে নঙগী খোঞ্জেল,
নোংমা খোংখি নখৌ পোঙনা,
মৈতৈ উমংগী উপাদা তোংহ্নুনা।
নঙগী মিববা খোঞ্জেন্দু তাগদবগী,
নাকোং থাঙ্গৎলে মৈতৈ কযাগী,
পাইবকলো মৈতৈগী লৈকোন্দা অমুকহন্না,
খোংলবো নখৌ পোঙনা হান্নগুম।
লৈকোল কোকিলগী খোঞ্জেল তাদ্রিবা
তাজনীংবনা খৌরাংনা ঙাইজরিবা;

পাঁকম স্বরনা থোংহনা তাইল্লোবা
চত্তনবা মীরৈবাক্তা কোকিল থিবা।

কাইদোংফম উশা থাদোক্তুনা,
চাক্তাফম লঙ্গাং হুদোক্তুনা,
করিগীনো য়োংকী শারং পামলিবা ?
ঙমলোইকো হযেং তুংদা পাইথোকপা।

কোকিল অমা খোংখি কুইপ্রবদা,
উজ্জয়িণীগী উনাপুংবা উমংদা,
ঈংহন্দুনা থমখি ভাবতকী লৈকোল,
শুঙ্কংখি পৃথ্বীপূম্বা মিরবা খোঞ্জেল্লা।

তামনা অমস্তু খোংখি থাযনভৈদা,
নোংচুপকী সমুদ্ররাংমগী চীংঙ্গুংদা :
চীংঙ্গুং কযা সমুদ্রা কয়া লাম্বোকতুনা,
ইনিল নিলহনখি নোংপোক্কী তোর্ব্বান।

উশা থুদিংদা ভারতকী লৈকোনগী
চেক্লা চামা চামনা তোংহনা,
খোংলি পুক্লীং হূবা খোঞ্জেল্লা,
পুক্লীং ইংহল্লি মী লিশিং লিশিংগী।

মৈতৈগী লৈকোলসে অস্থুক ফজরবা,
তারবদি কোকিলগী খোজেনতগা,

নীংখিজগবনো কয়াগী মতিক।
ইমিগ্তা উরখিদ্রা দৃশ্যতু অমুক।

কোকিল লৈতবনা মৈতৈ লৈকোন্দা,
কেনগ্রে হৈনৌ ময়োল অরেম্বদা,
তোমাল মশা কংশিল্লকলে অবেম্বদা,
মযাং কাকনা চাগ্রে উহৈ অবেম্বদা।

মৈতৈ লৈকোলগী হৈনৌ মযোল,
খোম্বাং হেনগদবনি চূপলবদি কোকিল্লা,
'খাঈদা' 'খাঈদা' খোংলে কাকনা চূপতুনা;
তাহৈত্রে খোংবসি 'পাহাড়ী' 'পাহাড়ী'।

কোকিলগী খোঞ্জেল তাদ্রিমখৈ,
কোকিলগী মশক উদ্রিমখৈ,
মেনশিল্লগে নাকোংসি লৈখোম্না,
ভূশিল্লগে মিংসি যেত্তুমনা।

কোকিলনা উহৈ উমলগা খৌবুম থল্লা,
খোংলকই 'কুহু' 'কুহু' পুক্নীং হুনা,
কাকনা মপুক থল্লগা অমুনবা উহৈনা,
হন্দোকলমই অমাংবা মৈতৈ লৈকোন্দা।

খোংলরো কোকিল নিহুলন্দুনা চীংহুংসি,
শেমলরো নিকুঞ্জবন তম্পাকসি।

চেহ্লগো ঈচেল কংগ্রবী চন্দ্রনদীবু
কৌশিল্লো উমংসিদা বীনাপাণিবু।

তাগদবগী নঙগী হুংশিবা খোঙ্গেল,
পোথারি লম্মখাংদা নম্বুল তুবেন;
ঙাইরি চন্দ্রনদি লেপতুনা ঈচেল,
পাইববগ্রা যেংলি হৈনৌপাম্বী চীংথক্তা।

অপিকপা তুবেল অপিকপা পাংকী ঈশিংনা
নঙগী খৌবাংবা কোকলোই খন্দুনা,
কাইদোংফম রাংদে পূকচেল নেমই নীংহুনা,
পাইবক্তুববনে লোকিল হৌজিক ফাওবা।

অমদি চীংনা কোঈশিনবা লৈবাকনি,
লাংদা থুববদি অমুক্তংবু করিগুম্বদা,
পাইথোকপা ঙমলোই অমুকহন্না,
পাইরক্তুববনে কোবিল রাখলসি তৌহ্নুনা?

কিগন্থ কিগন্থ কোকিল পাইবকউ,
লাং নত্তে—লাম্বন্নি প্রকৃতিনা পীবা,
লম্বন্নি মৈতৈ লৈকোল অসিগী,
কোঈশিল্লিবসে চীংলোল মাপন্না।

হে অচিকপা পাম্বা কোকিল!
নিলখোংবা তাহ্নুনা মৈতৈ লৈকোন্দা,

পাইরক্ত বরনে হৌজিক কাওবা ?
অমুক্তদি খোংলখো নখৌ পোক্তনা।
ঋতুরাজ বসন্ত কৌবা মতমসে,
নঙগী চিরসহচবনি হায়না তায় ;
য়েংউ বসন্ত য়ৌরকৃলে মৈতৈ লৈকোল
পাইবকপা মতম যৌবকলে কোকিল।

(লৈ পরেং)

---

# থায়নগী মৈতৈ সাহিত্য

কদাইদা লৈথ্রে ইমা।
কেতকীগুম্না লৈনম চাউবখী।
নঙগী পোমশাৎনবা মতমদা,
ভাওখৎলকপা নচাশিংনা,
শান্নবস্থা মনীংমখা তৌনা।
কদাইদা লৈথ্রে ইমা ?

থেঙলবা অহিংদা খোংলকপা
বাঁশীগী নুংশিববা খোজেনগুম্না,
'ইমা লাকলে' হায়না কৌবদা,
চেনশিল্লকপদো নখোঙ থম্বাল তমনা,
পুকচেল অমতা ওইনা,
'অমৃত থকলগে' হায়ছুনা।

মোইবুং খেঞ্জেল তাবদা,
সঙ্কীর্ত্তণগীদমক চরেংগী খেমনবা,
অদুগুম্বা মচাশিংবু ব্রারকপা ব্রাহৈ,
পুক্ল াং থৌগৎপা খোঞ্জেল,
কদাইদা লৈদ্রে ইমা।
অমুক্তা ব্রারকপিখো নচাশিংবু
মোইরাংপর্ব্বগী মতৌগুম্বা,
নীংথিজবা শঙ্গাই হুন্দোক্তুনা,
ভূমলিবরা শেগাইববা লুপাক মন্থুংদা?
কাঙ হয়িংনা চিক্তুনা,
ভূমখিগদবা কথা কুইনা?
কদাইদা লৈদ্রে ইমা।
ফদিঙ্করানা কুপ্তুনা,
উতোং মন্থুংদা থুগুনা,
লোংখিগদগে চহি কুমজা কথা?
কাউগগে করম্বা পুক্লীংগী অরাবা?
কদাইদা লৈদ্রে ইমা!
অমুক্তা কোনশিনবিবো নচাশিংবু।
ইমা নঙগী লাইশংদি নিঙ্খায়রকলে,
শক্তিবুগী হুংশিংনা হুমদোকখরে,

তিংথৌ তিঙ্গোইনা কুপথরে ,
কৌক্লেং হারৌনা শান্নথরে।
নোংজুথাগী নোংনা থুমথরে।
কদাইদা লৈথ্রে ইমা ?

ইমা নঙগী নপান্দগী,
ইরোন্দি খরা খরা থোকচহৌবে ;
নঙগী চেংলৌ শকফমদি উজহৌদ্রে।
তেংথানবা রাইহেস্ন তঙ্খোদ্রে
কদাইদা চৎখ্রে ইমা।
অমুক্তদি কোনশিনবিবখো ইমা।

পাঙদ্রবা নচাশিংনি খন্দুনা,
তুংগী অশা পুন্নমক থাদোক্তুনা
চীংলোল মাপন্না কোযশিন্দুনা,
যোৎকী পৌবোল লোল্লমলব্রা ?
কদাইদা চৎখ্রে ইমা।
অমুক্তদি কোনশিনবিবখো নচাশিংবু !

নঙগী অশাউবা খোঞ্জেল তাবদা,
সমদ্রুগী ঈবাওখোল নেমখিবা ,
হাওনা চীংদা চেনখিবা,
মীরৈবাক্কী লাইথুং চংঙমদবা,
অহুগুম্বা অকিবা খোঞ্জেন্না,
অমুক্তদি রাবকপিবখো নচাশিংবু।

নঙগী মিববা খোঞ্জেল তাবদা,
কোকিলনা মণিপুর থাদোকখিবা,
অদুগুম্বা সুংশিবা খোঞ্জেল্লা,
অমুক্তদি থেমজিনবিখো নচাশিংবু ।
কদাইদা চৎত্রে ইমা ?
কাউখববরনে নচাশিং লৈহৌরি হায়বা ?

নঙগী অমৃত চেনবা রাহৈনা খিকহুনা,
পাম্বীদা মহৈমবোং চুম্হানবা,
লৈপান্দা লৈ মকাবাননা শাৎহনবা,
অদুগুম্বা থুমলবা রাহৈনা,
অমুক্তদি থেমজিনবিখো নচাশিংবু
কদাইদা লৈপ্রে ইমা ।

নঙগী পুক্লাং ফাজিনবা রাহৈ তাবদা
ঈচেল পিকলবা নম্বুল তুবেন্না,
অথাপ্পা সমদ্রুতমনা চৎনীংদহুনা,
লোক্তাক্তা আত্মা সমর্পণ তৌখিবা,
অদুগুম্বা পুক্লাং ফাজিনবা রাহৈনা
থেমজিনবিখো নচাশিংবু ।

( লৈ পরেং )

---

# হৌজিক্কী মৈতৈ সাহিত্য

শাংলরে তামিল শাংলবে তেলেগু,
ভারতকী লৈকোয়্নুং অসিদা,
অথাপ্পা সমত্রু মপান্দগী লাক্তুনা।
অরাংবা উনগী মপৈ লান্দুনা,
খুংথরে নেপালী ভাবতকী লৈকোন্দা
পোমগ্রে ভরাংতগী খাসি ভাবতবী কাচিন্দগী।

করিনো ইমা মাইথোং লাংশিনবা নমান্নবা মরক্তা ?
কবিগী যেন্নিং হুন্দে অনৌবা মনা ?
কবিগী পোমদে ভানৌবা লৈরাং ?
কবিগী নশানবেং ফন্দ্রিবা ?
মতিক ওকপা ঈশিং চাইদবনা,
কংবনা ফরে খল্লববা পুক্লৌংনা ?

খঙলে ইমা নঙ মঙাঙ্গবে লাঙ্গববা লৈবাং,
ভারতকী লৈকোনন্নুংসিদা !
য়েংউ, ইমা অপঙবা নচাশিংনা,
ঈশিং চাইদত্নুনা নঙগী নখোঙদা,
লাক্কবি পুখ্রী তৌবা মরুভূমিদা ;
তান্নবি কাগদগী মাযা মবিচীকা !!

( লৈ পরেং )

## পোক্নফম লমদম

নীংথিরবী মুজাগী
ঙক্তা শিবা লৈতেংগী,
সনা লিকফাং মবক্তা,
অমতা থানবা মণিগুম,
নীংথিবা মফম লৈবিদা,
মালেম লৈকোয় তুংশিদা।
প্রকৃতিগী শান্নফম,
ফজবগী হৌবকফম,
নীংথিবগী তুঙনফম,
তুংঙাইবগী পোকনফম,
হায়নবিবা মফম অসিদা
অনিগুদে মালেমদা।
মীবৈবাক্কী অচৌবা
ফজবনা তিল্লবা,
ফুরা দলান্না লৈতেংবা
সানা লুপা ৱাত্তবা,
নীংথিবা দেশতা লৈহুনা
কাউবা য়াদবা মফমনি।
অচৌবা নিংথৌ কনানা
য়েংশিলক্তুনা মাঙোন্দা,

লানতারকপা মতমদা
মাবু ঙাকে নীংদনা
ইরায লাঙ্গৈনা থাদোকপা,
অযস্বা কনা নৈরোইদা
য়ুমগী ব্রাখল তুংওইনা
মাগীদমক্তা, হায়ত্না.
লানফম মযায থোক্তুনা
যেন্নবা মাইযোক থাত্না
লান্না পব্রাই থাবদা,
চিংনা কৰি নৈনদে।
মালেমদা অনি শুদবা
অমত্তা ঙাইবা মফমনি,
মাগী মগুণ অচৌবা,
থাত্না ঙম্মোই কনানা
স্বর্গদগী হেনবীনি,
হাঙ্গৈনবিবনি মযাম্না।
থাগৎমল্লি হাযরগা
কবম্বা মফমনো থিবগা,
হংঙু হংঙুবা খুদিংদা,
তাকচবক্কনি খুদক্তা,

মীওইবগী নীংনফম,
পোক্লফম লমদম হায়ত্নুনা।

[ শৈরেং অনৌবা ]

## লমন।

মুংশিবদগী মুংশিবা,
পাম্মুবদগী পাম্মুবা,
ইমা! ইমা! ইমাতনি।
ঐখোয় লুনা তৌফমনি-
ইমা ইপা অনিতনি,
মহোয লমন তোল্লবনি।
অহৈ অশিংগী মরাদি
য়োকচবীনি অতৈ'সিদি
ঈগী মবীবু ইমানি।
ঈগী হৌফম ঈবৈবাক্নি,
অতৈ ইমা অবাযবনি,
পোক্লফম লমদম ইমানি॥
মীওইবগী মপোক্তা,
শোন্নবি রাহৈ খুদিংদা,
খোমলাং লমন শিঙঙমদে,

অচুম্বা মকম্ নীংনদে,
মমা মশক খঙনদে,
ইমাবু ইমা কৌনদে ॥
মমা সেবা তৌদববু,
শাগী শীংদা থানৈ মাবু,
মিংদা' সি করম্না কোকসিগে ?

করি উপায় তৌহ্না
খুবম কবিদা লেপ্ত্না
ইমাগী রাবা কোকসিগে ॥
ইচন-ইচেম লখা' মনা
নোংজু-নুংশাবু খাক্তনা
চেংবোন কোক্তগী থাজ্রিবা।

খ্বাংজেৎ মচি লাংহ্না,
ইকাই ইকি হুন্দোক্ত্না
খল্লু কনাগীদমক চেল্লিবা ॥
ইপা ইতোন কযানা,
লাঙ্গোন খুত্তা পাযহ্না,
কাওবেন তুংবু ইল্লিবা।

কফুত তিংগোই ফাক্ত্না,
তুমিৎ কাং হয়িং থাভহ্না,
য়েংঙ্ক কনাগীদমক নোম্লিবা ॥

ইয়ামবা ইনাও কয়ানা,
লোইবী চিঙথাং লান্দুনা,
য়েংউ মমিৎতা মপি তাগ্রিবা।

তেখাও ময়াং তাহনা,
উখোং রাখোং হিপতুনা,
হায়যু কনাগীদমক চৎলিবা ॥
খল্লু ইফী ইখরাংদা শেৎলিবা,
ইশাদ পক্লিবা অপূম্বা
নিপা কনাগী হুমাংমন্নো ॥

ইবৈখৎপা থোকচনিবা,
অহৈ অশিং শাজনিবা,
নিপা কনাগী মপান্ননো ॥
ইহৈ ইশিংস্নু তম্ফল্লে,
মী' মীবক্সু তিলহল্লে,
অচুম্বা অসি খনসিবা।

আইন কানুন খণ্ডবনি,
লৌউবা-জীবা অপঙবনি,
সিতবু নৈ'না চাসিরা ॥
য়েংউ পম্বৌনা খোংদাই শেৎলিবা,
ইমানা পোমজ্রী থাংলিবা
মখোয়গী চরৈ হোংলিবা।

কৈজোম গুঙ্গা তাখৎসি,
লাঙ্গৈর-পাখী ফুক্তোকসি,
লাও হুমাংমন লমন শিংলসি ॥

হিজম ৺অঙাহল সিংহ

---

# ইরৈপাক

ইরৈপাক ইরৈপাক উজত্রি নঙগুম্বা।
নঙগুম্মা হুংশিবা পুক্লীংগী পেন্নবা ॥
নোংপোক্কী কোবৌ খোঙথাফম ভাবতকী শমজা লংদাইফম
প্রকৃতি ইমাগী হুংঙাইবা শান্নফম।
চাক্লবা থম্মোইগী অরাবা কোক্লফম ॥
কুঙন পানবা মহে মবোং চুম্না শাংপা কৌগী চরোং
মিৎয়েংগী লম্বীদা অইংবা পিনবী।
নচাগী রাঙনা চেংজেন্দি হুল্লিবী ॥
কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংমক্তা চীংয়া তময়া পুন্নমক্তা
পোম্বীনা চেকলানা নগুণদো শকচরি।
শান্তিগী অচিকপা ঈবাদি শিন্বরি ॥
পূকচেন তাম্নবী নঙগুম্বী নপারী লুনা তৌজবা
শামানবী নতারোই কনাদি লৈবগে।
নঙগুম্বী ইমাবু কদায়দা লৈবগে ॥

অকনবা ময়াম পোকচবী অথৌবা ময়াম য়োকচবী
বীরেন্দ্র টিকেন্দ্র নোংশারেন নপারী ॥
ভাবতকী পূয়াদা মমিংদো শোন্নরি ॥

চীংথংলেন নিংথৌ অথোইবা ভক্ত লৈরাংলেন লুহেনবা
সনাগী মূর্ত্তি জয়সিং নিংথৌবেল।
মাতৃগী থৌদাংদা থৌজংবা থৌবুবেন ॥

বৃটিশ লমথাই পম্বেংদা নিপা থোক্লবা লাম্বোংদা
মিংচৎকী শিদ-উ থাবম্বা নোংশা'নি।
গম্ভীব নবসিং লাইপোক্কী মচা'নি ॥

লৈপাক্কী রাযেল লাংলোম্দা যেক্লবা-ৈযথাই লাল্লোংদা
প্রজাগী পেন্নবা থৌবমদা লাইরোইবা।
ঈশ্বর কোলোযনা কোবৌগুম ঙানখিবা ॥

মিংবু ফানগে চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌশিং কোকথক কীরিতি
বৃটিশ সন্মানবু লৌশিংনা লৌখিদো।
অরাংগী থরানগুম মাঙদনা ঙাল্লিদো ॥

অম্লুম্বা মচা পোক্লুনা নমান্ন' মাংজিং থাত্নুনা
অয়ুক্কী শজিক্লুম মোমোন্দি নোক্লম্বী!
শক্রেনগী মিবেন্না 'ভিযাদা তারম্বী ॥

ফত্তবা মাচা কনানা কল্লকপা মৈনা চুহ্নুনা
তাথিরা হায়ত্নুনা ইমাবু চেম্বরে।
ইমাগী ফিনাদা অমোৎপা তৈররে ॥

নৌনা হৌরকপা নচাশিং ইমাগী থৌদাং কাউরশিং
অসুম্বা ইমাগী মিংথিবা লৈরিবা।
কোকহনগে নিঙদবা কযাদা পঙলিবা।।

নপারী নোংশা খিবিক্তি চঙখরে কালগী খাম্নাত্তি
মত্তুগী দমক্তা তেংথাবি ইমানা।
খন্দরে মাত্থবু লৈহৌবা নচান।।

মৈতৈ মিংলেন্দি কৌবগা মাতৃ থৌদাংদি কাউরগা
নাপনগী ঈঙাংনা ফিজোন্দা তৈরিবা।
নরক্তা লৈথোম্না লাইবক্তা খিল্লিবা।।

পঙলবা নচা মযামসে লৌশিং শোইনাইবা পুম্বসে
লাকখিগনি অমুক্তং ইনাগী তম্বাক্তা।
তৌখিনি থৌদাংদো ইমাগী দমক্তা।।

ঈশ্বর পোকপীদুপলেম-ও নবসিং যোকপী দেবী-ও
মিত্তুগী ঈরাদো অমুক্তং তৈথোকখো।
থাযনগী মীনোক্তো অমুক্তা নোকপিখো।

অরাম্বম ৺দরেন্দ্রজিৎ সিংহ।

---

## 'নোঙ্জুম্লকখোদা'

ম্লাম্বা অচৈবা — চৈজিং খুমাবা,
নোঙ্জুম্নিঙভাই ওইদবরা
নোঙ্জুম্লকখোদা।
"হাদা সনা-পুঙওয়োল
পলেম হুংশি-কোলোয়নু"
তেংথানিঙভাই ওইদবরা
তেংথারখোদা।
"লৌবুক-লমথাং সংবানরায
লোইবি চুম্বং খঙ্জরায
মালাং-ফৌরোই-ঈপোম্নাং
করা-শরা খোঙ্জনু,
হাদা সনা-পুঙওয়োল
কোলোয় হুংশি মণিনু"
চৈরাংনিঙভাই ওইদবরা
চৈরাংরখোদা!

"পারম-সুংগী খৌজাম্না
খোন্নাং-লাইজা ঈহৌনা
ইন্কাল-নম্বুল-শিম্বনু,
পারী মোমনু-ওকচনু,
হাদা সনা পুঙভয়োল
পলেম লোইবি-খ্ৰাজোয়নু"
চৈজিংনিঙভাই ওইদবরা
চৈজিংলখোদা।
পারী-মোমনু-চাঙনু
পলেম ইমা পুকফনু
কোলোয় সুংশি-চীখৈনু
অছে নঙবু কাউববা!
যাকাযনিঙভাই ওইদবরা
যাকাযবখোদা!
নরোয় নঙগী সুঙবংরায
ননাও নঙগী লোন্দেরায়
চৈজিং নঙবু কৌজৈয়ে!
ছৈহন্নিঙভাই ওইদবরা
ছৈহল্লখোদা!
চেক্রা কায়দোং-কায়নরাই
মালং-নোংলম-লম্মুকরাই

পালোইনিঙাই ওইদবরা
পালোইবখোদা !
রাংলৈ পুঙ্গোয় অমদং
মির' চৈজিং লোয়নরায
পলেম' মুংশি-মিঙ্গৌবোল
"হাদা সনা-পুঙঙয়োল
পলেম—লাযেক-তবেৎনু"
থৌগন্নিঙাই ওইদববা
থৌগল্লখোদা !
নবোয-ননাও খিবিরা
পলেম থোম্লাং-রাযনরায
থোম্রাং-লম্মল শিংনিঙাই
ম্রাংদৌ লম্বী চিংনবায
নিংশা নীংহল ফমদেংনা
ম্রাম্ব' খোঙ্গুল মাজৈয়ে !
লমজীংনিঙাই ওইদবরা
লমজীংলখোদা ।
"হাদা সনা- পুঙঙযোল
য়েল্লো-অঙাল পাম্বোইনু"
মিঙ্গৌনিঙাই ওইদবর
মিঙ্গৌরখোদা ।

য়াম্বা চৈজিংবা—ছৈরাং খুমাবা !
মালংনিঙঙাই ওইদবরা
নোংঙুম্লকখোদা !

মীনকেতন সিংহ
নিম্বাং তরামাখোইমী পানবা,
হিয়াঙ্গৈ ১৮৭০ শ: (১২ | ১১ | ৪৮ ইং)

---

## কমলদা

নোঙঙাল্লমদাই তাবা চেক্লা কযা
তারবি হুংথিল নোংমায সিদম্ব—
কোঙযাঙ রাতোল ফম্বৈনা
খোংলি তেঁ-তুঁ চরোইনা,
পামেল উবাং উকোম্না
হেক্লি নেঁ নেঁ হাবিনা।
নক্রি মখোয সীদম্ব—
কৌজেং হাবৌ শাগৈনা
নোংজা যাওল ছৈরাংবা,
ঙংলি নিং নিং মিরবা
কোবৌ য়াওল ঈরোযনা।

শালি কুম্লাংনা কুমওনবা
তরানিপাম্না ওইওইনা

নিকুংগী তরুক রায়ররকপা
মৈতৈ সাহিত্য জগৎমুং
কুম্লাং চনী মন্নুব' তুং
মোংনা ভানকুংদা তৌবরাই
অমম-অঙাল শিন্নরকপা
মৈতৈ ইমাবোল য়াওনবুঙে
চেক্লা কয়ানা ছৈরাঙবুঙে
মখৌ পোঙনা ছৈরাংখিবা
মুংশি খোঙ্জেল্লা লোরবা
কাঞ্চি-কোন্নুংদা লাঙ্গোনবা
কদায কমল চেক্লাদে।
কাঞ্চি-কোনগী চেক-মুংশি !
তাম্লো খোংলি খৌবোংনা
নপাং কয়া কয়ানা
নোঙঙাল্লমদাই তামিন্নরম্বা—

মখোয়গী খোম্লেম-খোনরাং ঈপোম লাং
মৈতৈ-মালং ঈওল্লক
উপাল রাপাল ঈবৈ চা
ঈওল মাগী ঈপোম লাং
হাইনা হুম্না ছৈইল্লি।

কৈদৌরিবা নহাক্কে !
ওঃ—কাউরুরেকো রারৌভু……

নথরাই কৎনা ছৈরাঙডৈ
নথম্মোই নঙগী ঈবী চেল
পাথখি,
নহকচাং নঙগী ঈরোয়না
চেম্বখি,
নোংনা ফুংদা ঙাল্লকপরাই
নথরাই চেক্লা খং-গোম্না
পাইথোকখি,
কোম্না ঈংনা মালংনা
মিকুপ থুদিং ছৈছকপা
"মতম কুইনগী তুংদা
লেঙশিল্লক্নে ইমা মৈতৈ চন্নু
মৈতৈ-সাহিত্য-মন্দিব মন্নুংদা
যেন্দাই থন্না লৈহাপ্তুনা,
কৎলুসি ইমাগী খুযাদা।"
ও ভাকদ্রেকো রাবৌন্নু!
ছৈছক নঙগী ছৈপানবনা
নমা মৈতৈ চন্নুনা
যাওল থৌগল ওইনঙাই
মীবক তাল্লক য়েংন্নুনা,—
মীতাব'দি থাম্মৌনি
মাগী নীংবা কায়রনি—

নোংনা পুমঙান ঙান্দ্রিঙৈ
খঙডি চেক্লা থেমদোকখিবনি।
শিদা ঈরা ইন্দুনা যোকপনি ॥

ইমাগী য়াওল থৌগনবা
নপাং চেক্লা কযানা ফংজনি !
কাঞ্চী চেক্লা য়াইফবা ।
য়াকইবদা শকক্লৌ।

নোকন্নুকো পঙডিদা
নুংঙোল ইপাউ তাবদা।

অরাবনা ঈবৈনা
নুঙঙাইবনা ঈহয়া

ঈথক ভনংননবা
মালং রাংমা খুভম্ন।
তেংবান-মপু-মরস্থ
তাইবং পুংডোল অকবা
মিথোৌবনিকো কাউগন্নু।

অপাম-পামদা-নাইডস্নু
থরায কৎনা লৈবাংবা
লৌবিবনিকো নিংসঙঙু।
য়াইক্নৌ চেক্লা য়াইফবা,
কাঞ্চী কোনগী চেক হুংশি।

মীনকেতন।

# ইরৈবাক-তা

মণি পরেং খোল্লিবী
ইমা ঐগী মুংশিবী,
ইমা ইমা কৌজগে।
পক্কদবা যেংজগে।
নাওযোক নাওশেল ফজবী
নাওযোকমনবু থিদবী
পিনিঙঙিদা নচানা
থম্মোই-লকা শাৎকাযনা॥
ইমা নঙগী মিৎঞ্জেবু
শোল্ল শোল্ল নিঙববু
তাইবং মিৎঞ্জে খঙলক-ই
থম্মোই-লকা ফল্লক-ই॥
চৎলে চৎনা ফল্লে ফম্না
ইমা নঙগী কোলোইনা
ঙাক্ক ঙাক্ক লৈবনি
নচা মিহুন হুনবনি।
অমং য়াইথোং কুম্নমদাই
পলেম-মিংগৌ লেপ্পমদাই
অত্থরাইদা ইমা-ও
ক্লাউগদবা খঙদেদো॥

মত্থ নব্রিমখৈদি
ইমা নঙগী কোলোইদি
থরাই-মীরেন তুংনকম
ওইনি নিঙলি চঙজকম ॥
খঙবিরিনি নহাল'খৈ
নমা খঙই হায়সি'খৈ
অত্থবুনে মুংশিবা
পলেম ইমা অপোকপী
নচা ঐনা ঙমদেদো
লাইশোল্লক্তা শোন
রারৌগন্থকো অপোকপী
পামঁদ্রবস্থ পুকফবী
পলেম মিঙৌ হৈরগা
থরাই-মঙা ফুরুগা
লাক্ল লাক্ল কৌরকপা
খৌবাং খৌরাং শোল্লকপা
তাবিউকো তরাম্না
চুমথোকপিয়ু হরাওনা ॥

শীতলজিৎ

তাং ৮ | ১ | ৫১ ইং

# অরি'নৌ

লাম্নবা নোংপোক লমদমদা        'নৌবা লৈখোঙশেংবা কয়ানা
অশোঙবা নায়ক হাবেঙলগা        তিংথৌ তুম্বৌ য়াম্নোক্তূনা
থাইনৈ লৈকোন মঙ্গংদা
লৈরাং কযা থাঙ্গরি।

'নৌবা লৈরাং কযানা        হেদোয় হেয়াও কাঙ্খনা
শকী ঈরাং থাঙতুনা        কুমওন্দবা লৈরাং ওইবনা
মালীগী মবুক পেলহনবা,
লৈবাং মানা ঙমদরে।

তিংথৌ তুম্বৌনা লাতং-লূবা        মপাল মরাতা ঙাইজরবী
নিঙথিনা শাংচবা ঙমদ্রনী        থাইনৈ লৈবাং শকলোংপী
ঙসি কৌবা নোংসিদা
'নৌবা যেন্নিং চোংলক্লে।

মঙ্ঙ ঙাক্তা ঙাইরবা        লৈশা কাবোং খুদিংদা
মপুং কানদি উহন্দনা        ফজবা খোর্জেনা চয়েনরতুনা
ঈংনা হাইফেং মোমোল্লিবা
মৈতৈ সাহিত্য জগোয়নহনশি।

তিংথৌ তুম্বৌ হাইদংশি        নীংতম্না য়েন্নিং চোংহনশি
ফজবা লৈকা কলহনশি        লৈ-না নিঙথিনা জগোয়হনশি
চালি অরৈ খুদিংদা
সাহিত্য শিন্নাইকম ওইহনশি।

মৈতৈ মালী নহাশা।  মদোম চোংজরকপা য়েম্নিংসে
নিঙথিনা মখোঙ শোমদ্রবদি  কুমওন্দবী লৈরাং ময়ামনা
পীশুম হাইফেৎ শুকপদা
লৈবম্বা চালি লেপখিনি।

কুমওন্দবী লৈবাং পীশুম্না  শাউবংবা নাওং পীত্রিগৈ
অনৌবা মযোল কংত্রিগৈ  মানা হবাও জগোইরিগৈ
শীঙেল লৈখোঙ শোম্নবা
খোর্জেজগী লাইজ খিকপিয়ু।

ফদি ফবানা কুপ্লুবী  থাইনৈ লৈবাং শকলোৎপী
মৈতৈ লৈবাং মবানি  চবৈ কোম্না শেৎকুম্বী
হৌজিক্কী লৈবাং কুমওন্দবী
মৈতৈ শীঙেল মউনি।

'মুংগী মরূ যাওদনা  'পালগী মউ ভাক্তনা
লৈবাং লৈশা ফন্দুনা'  নিঙথিবা য়েন্নিং হন্দুনা
পামেল ফৈরা থক্ত
শীঙেল শাৎপা হোনদে।

হে লৈখোংশেংবা নহাশা!  মপাল মউ শম্নহনশি
'নৌবা য়েন্নিং চোংহনশি  ইকাই নাইদবী উতাংবী
য়ুম্নদাংবনা কৈগাবী
তোংহনগন্নশি লৈরাং কারোংদা।

হেদোয় হেরাও পাম্বী  লৈরাং নৌনা শাৎলিবী
চিদায় ওইনা থারশি  থাইনৈ লৈরাৎ শকলোৎপীগী

ফজবা মপাল ওইহনশি
লৈবাং লৈশাৎ ফজহনখি।
শক্লোংপী থাইনৈ লৈবাংনা
নিঙথিবা শামায় হাপ্লগা
মাইথকপী কুমওন্দবী লৈবাংনা
থাইনৈ লৈরাংবু চরৈরক্লুনা
খোর্জে তাম্না লৈ-তুনা
ফজবা শাথেক্লা জগোযবসম্‌।
খোর্জে মুকফু খুৎলাইবু
খুৎখৎ চেৎনা পাযক্লুনা
লৈরাং নাক্তা চংলগা
লৈখোঙ তোয়না শেংতুনা
তত্তনা ফজনা জগোযহল্লগা
মৈতৈ সাহিত্য ঈথক কাহনশি।

ইবোহলসিং খুমন্থেম
—(জ্যোতিদা কোঙখিবা)

---

# পূক্নীং ঈথিল

কদোমদগী খোঞ্জেলনো!
কদাইদগী খোইমুনো?
কবন্না কদম মখোঙদা
কনানা বাঁশী খোংবনে?
থম্মোই' লৈকোনগী খোইমুরা!
লকা হুংগী বাঁশীবা?
ঙংঙ্ ঙংঙ্ খোইমু! ঙংঙ্
খোংঙ্ খোংঙ্ বাঁশী খোংঙ্।

অপুম্না ঈশৈ কোংনা শকউ তাথীবা নরোল তানবা খোংউ
তাইবঙ থম্মোই য়োহল্লম্মু য়াইবী কোনম্মু তাহল্লম্মু ।

মাঙবা নাইবা হকচাংদি
থৌছু নুংগুম লেপহৌরি
শিদ' য়াইবী থরাইদি
তাউথরে ঈপোমদা সুরগী

কবি ঈনিলনো থম্মোইগী খঙজবা ঙমদরে ঐছাক্তি
কায়নকমদা লেপতুনা লাউবকলেনে থরাইনা

"ওইরবোই ওইববোই ঙসিসি অমুক !
ফংলবোই ফংলবোই নুংঙাইবা অম্রুক !
মিংকুপ অসিনা হৌঞবদা
রাংলেন অসিনা হোংপ্ররবদা

ঙাইবিরম্মোই ঙাইহাক্তম্মু ফনা কৌহুনম্মু কপ্পনম্মু
চেনখ্রেনেসে হুংশি ঈচেল শিথ্রেসে শমুগী ঈখেং

থৌজান' মিংথেং হুংশিববা
ওইথ্রে মিংয়েং তমথীববা
হুংশি চেংজৌ নীংথিববা
ওনথ্রে শককম কিথীববা ।

বসন্তম্মু অমুক লাকনি পামেলম্মু যেম্মিং হল্ল'নি
পাং-ভুরেল ঈপাক-ঈরেল কারকখিনি লাইজ ঈনোং !

শরৎকী থাবল থোক্ল'নি
ফুগাইনা থরো শাংল'নি

মালং লৈকোয় থুংনদি
থাবলগী ফীজঙ থল্লনি।

নমু' থম্মোই লৈবাংদি    অনৌবা য়েম্মিং হল্লরোই
হৌগ্রবদা অয়ুকসি    পুক্নীং লৈবাং শাংলরোই

অহিং লীক্লা তাকত্রিবৈ'
ঙুংথিল' লীক্লা কংদ্রিবৈ
ঈথব পম্বেং কনবনা
শমুগী কাযাৎ কাযদ্রিবৈ

মালেম শিম্বা লৈকোন্দা    শিদ লৈবাং লৈকাদা
লৈবাং লৈরিক লৈথোন্দা    লৈহী লৈনম' লোযননা

খোইমু বাঁশী' খোঙ্বাঙন
তাইবঙ যাদ্রা খোঞ্জলগা

চেৎনা চান্না তিন্দুনা    ঙুংশি ঈপাক ঈবেন্দা
লিলি লিবি শিন্নবা    শান্তি পুবা সুবনা

মালেম পূম্বা শৌদোকপা
পীবিয়ু সুবগী মবুংঙো!
নঙগী সুরগী ঈরৈদা
থম্মোইগী কোঙ্গোল তাকচগে।"

এস, নদিয়া সিংহ
শয়ান পুখ্রী।

---

# বিবেকানন্দ

কনানো শুক্লা মমগ্রবা নোংঙান্দবা অহিং মতম 'মদা
নতোমতা নপাং য়াওদনা, সমুদ্র ঈরাং লান্না পাইখিবা ?
অঙকপা নঙগী থৌইনশিন্নি, করি পাউবু চেনগে থৌরাংবনো,
ঋষিনা শেম্বা ভাবতমচাশিংনা ম্লেচ্ছগী খুযা উফুল লেক্ত না,
ইপা ইপুশিংবু নরক্তা চিংথরবা, মীবম্না ইরন শানরবা,
লৈখা তারবা ভারত মচাশিং উবদা স্বামীগী থম্মোই কাযগ্রবোই !
আত্মাগী শক্তি চাংযেংগে হাযনা ঋষি মন্ত্র শোল্ল-শোল্লহ্না
নঙ নল্রা স্বামীজী লোম্না চেনখিবা, নবৈবাকমচাশিং তুম্নিভৈদা ?
মালেম পুম্বগী ধর্ম্মসভাদা বার্ত্তোণ তৌদবা নোংপোক্কী মীহুৎ ওই
জগৎকী মঙ্গলগীদমক্তা বেদগী মক্তবা ধর্ম্ম শন্দোকপিরম্বা।
ফিশেত্তবা ভারত হাযনা জগৎপুম্বনা নোক্ক হঙ্গোইরম্বা
বেদগী ধর্ম্ম নচিন্দগী তাবদা জগৎপুম্বনা থাগংনবে।
চহি লিশিং কয়া কয়া পূকচেল পিকপগী কোমদা লুপ্ল্বী
লাইবক থিবী ভাবত মাতা মপাবী বিবেক্কী মপান্দগী
ঙসি মাইথোং মকাবাম্না অনৌবা আশাগা যাহৌরক্লে।
ধর্ম্মগী মিংদা অধর্ম্মনা তমথিবা শউন শাজৈ পায়হ্না
লাইগী মচাশিংবু ওৎনৈরম্বা অমম্বা অহিং ঙসি নোংঙাল্লে।
থম্মোইগী শেংলবা মন্দিরদা স্বামীজী ইরাচ্চরিঙৈ
হায়য়ু করম্বা অন্যায়বু কিগনি ঐথোয় লাইগী মচানা ?

ইম্পাৎকী শিংলি হকচাং পুম্বদা চেল্লি ইচেন কম্না
য়োৎকী পাম্বোম, য়োৎকী থবাক কনাবু কিরুনি ঐখোম্বনা ?
ধন্যনি বিবেক পোকপী ভারতমাতা, ধন্য ওইরে ঐখোয় পুম্নমক,
স্বামীনা তাকপা মন্ত্র শোন্দুনা মীওইবা সমাজ লিংলসি,
জগৎতা শান্তি পুরক্লবা বেদগী ধর্ম্ম তমলসি ।

খুমন্থেম গৌরকিশোর
তাং ২৯ । ১ । ৫৭ ইং

---

# লমতা মুংশিং

লমদম কৈদগী লাকপনো লমতা থাগী মালংবা
খোল্লাও নঙগী তাবদা নিরুরে হমু-হনা অপুম্বা,
নঙগী শউম্না হুম্বদা হাযবে ফেৎ ফেৎ উ-রা পুম্বা
করিগীদমক্তা হুম্বনো লমতা থাগী মালংবা !

মখোক লোযববা হৈবাং লৈবাং, মতু লাংশনবা উনা রানা,
তিন চঙলবা উ-রা পুম্বা, যেংউ নঙগী শউম তাবদা
কেল্লি পোপ পোপ লৈমাইদা মাঙথ্রি শ্বাই শ্বাই শুস্তবংদা,
তেক্রি প্রোক প্রোক শাফুদা, তুবি দম দম লৈমাইদা ।

য়েংউ নঙগী শউম তাবদা যাঙ্গংলবী লোক্তাক ঙাওবকলে,
য়াংবী থক্কী উফুন মরিক নোংদোন তম্না পাইখৎগ্রে,
মখোঙ য়াওদবা শঙ্গোই-লুকোই নঙগী শউমদা হাইথুগ্রে ;
শ্বাই শ্বাই প্রোক-প্রোক, দম-দম, থল্লে প্রলয় ধনিনা ।

প্রলয় নত্তে জয় ধনিনি, খঙলে, লমতা থাগী মালংবা,
নঙদি মপুগী পাউবু পুবনি শক্তিবুগী মমি তম্বনি ;
মিরাং থুরবা তাইবংপান নঙগী শউয়া শেংদোকলে,
মল্লবা নমথিবা কুরাংবান নঙগী শাকুনা খোক্তোকলে।
অকিবা ফংবা নঙগী স্বরসে অনৌবা যেন্নিংগী নুশাস্বরনি।
খুগাইবগী অকিবা খোল্লাওসে শাগৎপগী অহানবা খুৎথানি।
অরিবা উনা নোংদোন তম্বনা অনৌবা উনাগী লম্বী শেম্বনি।
য়াঙ্গংবী লোক্তাক্না ভাওজবনা ইঙেনগী জগোই শাবনি।
অন্তদি হে ভাওববা মালংবা, ননীং তয়া হাইহুস্মু
নঙগী শউমদা তাবদা তাইবংগী ভুতপ্রেত মাঙগ্রসনু,
অমনবা অবিবা নমথিবা হংভাক্ত নঙনা কোকথোক চামথোক্লসনু,
অন্তদি হে মালংবা, যেন্নিংতম্ব, ননীং তয়া হাইহুস্মু।

ফুমন্থেম গৌরকেশোর সিংহ
তাং ১০।৮।৫৬ ইং

---

# প্রার্থনা

অসিতনি ননাইগী ভোল্লবা প্রার্থনা হে ঈশ্বর।
শীকলবা ননাইগী আশাগী মৈবিসে—
ভালহনবীয়্যনে ইবুংঙো নহাক্কী নীংথিবা নিকুঞ্জবন
পাক্লবা তাইবংগী কিববা অমম্বা মমিদু।

ভাহনবীয়ুকো নহাক্কী মঙালগী রাংমদা।
শূক্লবা চীংঙুংগী চীক্লবা লোকঙুংদা
খোংবিয়ুনে নহাক্কী শুঙ্কৎপা মুরলী বাঁশী।
খোৎলবী নোরবী বসন্তগী উরীশিংনা
য়েৎহনবীয়ু ননাইগী তেকল্লবা পুক্নিগী পামেলসি।
থাপ্লবা চীংঙুংদা ঙুংশিবা তান্নাগী খোঞ্জেল
শেংলবা অয়ুক্কী নৈনম পুরবী মলযা
চাক্লবা থম্মোইগী অবোইবা ঈশৈগী খোন্থাং
তমথীববা য়াক্লবা স্বর্গগী আকাশবাণী
তিলহনবীয়ুকো নহাক্কী ঙুংশিবা বাঁশীগী সুবদা।
হে ঈশ্বর। অসিতনি ননাইগী তোল্লবা প্রার্থনা॥

নীলকান্ত
১।১।৪

---

# কায়নবা

ভাইরমইনে নহাক্লা ঐবু থেঙলবা অহিং অতুদা
খঙহোৎদ্রে ঐহাক্তি নহাক্কী অতুগুম্বা ঈঙ্গিৎ।
কৌরমই নহাক্লা ঙুংশিবা মেঙলবা খোঞ্জেল্লা
তাহোৎদ্রে ঐহাক্তি পোথাবিঙেদা চোকথরবা হকচাংসি।
হোন্দোকপ্রে নহাক্কী হিতু থাবল ফববা অহিংদা
শান্নমিন্নপ্রে ফুগায়না শাৎলবা পাৎয়ায়গী থরোগা।

লৃপগ্রেনে চান্নবী। ঐহাক্কী নাপলগী হি অত্থ
মাঙগ্রে ঈয়াযদা শেমগৎচরবা আশাগী পোৎয়োমগা
হৈজদেনে ঈরোইবা ঙমখিদ্রে ননাক্ত য়োজবা
নহাক্কা থাদবীবদ্বা লৈবাংত্থ হুংশিবী ইতা।
তাউথোকহনগ্রে ঈথক্কা লোযননা হুংশিবা লৈনমগা।

নীলকান্ত

---

## সীতা

সীতা সতী বাশক'চৎপী থৌনাক্কবা
চীংদা মান্দা হিংচা যাইতম্বা মবক্ত
শান কৈন থল্লবা উগুংদা
নহাক্কীদি বামচন্দ্র
নহাক্কী পুন্সিগী আশা
নহাক্কী পুন্সিগী ধর্ম্ম—
অরাবত নহাক্কী কপ্পতন নশকক
য়েক্কবগী বন্দী প্রজাগী চিংনবা
অগ্নি পরীক্ষা—অত্থবু রামচন্দ্র
অত্থবু রামচন্দ্র
অত্থবু রামচন্দ্র
কুনগুবা শতাব্দি।
সীতা সীতাদি সীতা
লৃপীগী খোঞ্জেল অমনা—

কান্নরোই মরূপ ফংলরোই
লৈত্রে নঙগী সীতাদি
থাঈনগী মরূপ পুকফবা
শীন্থরি পি চতুম চতুম নহাক্কীদমক্তা
মসিনা পেল্লে হল্লো মরূপ
ফংলবোই নহাক্কী সীতাদি।

অতুবু ঐনা থাজবসিবা
থিখিনি ঐহাক্তি সীতা কংখিনি
কুনশুবা সতাব্দিগী চাওখৎপগী মৈশাদা
তিংখং পানবা মরুভূমিগী লৈরাং নত্তনা
শাৎলবোইদ্রা পৃথিবীদা—কংবা তাববা
নহাকপো সীতা।

অনৌবা যুগকী অনৌবা খোঙচৎতা
সীতা দেবীগী যাত্রাগী লম্বীদা
মওং য়াওদ্রবা ফিদমগী ভূতনা
শুমপ্রবা নহাকপো জগোই শাতুনা
হেলোইনা চেনগ্রববা।

অতুগা নহাক্তি মমা পোক্তবীনি
নহাক্না মৈতৈ চনুবুদি খঙলবরা ?
নহাকী মেছিনগী ফিদম
মেছিনগী রাখল
মেছিনগী লমচৎ

করিস্নু মৈত্রবা অহিংবা জীব ওইনা
উগ্রবরনে নহাকপো ডারউইন্না
মাইক্রোসকোপনা ইকনোমিক্সনা
উগ্রবরনে নহাকপো নহাক্কী থম্মোইবো
চাবা হিংবা, হিংবা চাবা
মেছিন! মেছিন! মেছিন?
কদাই মীওইবা দেবতাদি
মৈতৈ চন্নু লাইবক চাউবী নঙবো
কপ্পতনা নশিনশাংলনে
চীংদা কাত্থনা শীংজনবী
পাত্তা কুমহ্না ভাথিবীরা?
অনৌবা মঙাল অনৌবা পুন্সি
চেল্লো বন্দীদগী চেনখবো
কান্নত্রবা নহুম চিকথংলো
অঙাংবা অশংবা অম্বাংবা
ফজদবা ফজদবা কুবাক ওইনা পাইরো
নঙদি ফজবীনি
নঙদি তাংজবীনি
পুন্সি চুপ্পা নৌজবীনি
অমরাবতি লৈকোন্নি
তাজমহলনি নহাক্কীদি—নহাক্কীদি
নহাক্কাদি মৈতৈ চন্নু নহাক্কীদি

নহাক্কী পুন্সিগী আশা
নহাক্কী পুন্সিগী ধর্ম্ম
নহাক্কী পুন্সিগী আশা
নহাক্কী পুন্সি ধর্ম্ম ।

লাইশ্রম সমরেন্দ্র

---

## খোংজোম তীর্থ

মাঙদা উবিবা তুবেলসে,
তপা চেল্লিবা ইচেলসে,
অরাবা শক্লোল পুথিবী,
কাযনা শৈশক শর্থিবী,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি ।
মৈতৈ জাতিগী লাঙ্গাওদা,
নীংতম লানফম ময়াইদা,
মৈতৈ লান্মী অসনবা,
মাগী মপান্দা লেপখিবা,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি ।
অমুবা চৈন অবংবা ংশাং,
অমংবা নোংগী মরক্তা,
অবংবা নোংথাং কুপকুম্বা,
মাগী তোর্ব্বান্দা লেপখিবা,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি ।

বোম তোপকী মমাঙদা,
মায়বু লৈবা হৈতবা,
মৈতৈ লাম্মী অথৌবা,
মাগী মপান্দা লেপখিবা,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি ।

মেঞ্জর পাওনা অথৌবা,
চিংলেন সনা পাঙ্গনবা,
য়েক্রু তুম্না হাৎলম্বা,
মাগী মথাদা তুখিবা,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি ।

মাগী তম্পাক্তা যাতাখিবা,
জাতিগী লাম্মী অকনবা,
পলেম শরা খোমইনবী,
থম্মোইদা চেৎনা কোনখিবী,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি ।

স্বাধীন লৈবাং বেল্লমদাই,
পলেম চবৈ হোংলমদাই,
মৈতৈ লাম্মীগী ঈতনা,
ঈথক ঈপোম হৌখিবী ।
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি ।

শেংলবা মাগী ঈচেন্দা,
অরুংবা ঈথক ঈপোমদা,

মৈতৈ পুম্বা লুপখিবা,
তিঞ্জেল লাইচেল কোকখিবা,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি।

তর্পণগী হৈবাং লৈবাংনা,
ঈমাই থুংনা তাউখিবা,
মিৎলু নাপগী পিবাংনা,
পবিত্র ধাবাদা তিনখিবা,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি।

অহিং নোংযাই অথেঙবা,
মীচিক নাচিখোল তাদ্রবা
নিত্তি নুমিৎ খুদিংগী,
মপাবী বৌহ্না তেংথাবী,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি।

মাগী মণ্ডপ অশেংবা,
মালেম শীনবা থুংলবা,
মীপুম খুদিং শোম্নবা,
য়ুমথোং খুদিং শরুবা,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি।

মঞ্জুনবা চরৈ শেত্তুনা,
মাইথোং থম্বাল লাংশিন্না,
মাদি ঙসি তেংথারি,

অরা মৈচাক কোক্তরি,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি।
ভাগিরথী গঙ্গাগুম শেংলবী,
কালিন্দী যমুনাগুম পুক্তপ্পী,
ত্রিবেণীগুম মমিং চৎলবী,
তীর্থ পুম্বদই অথোইবী,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি।

নীলবীর শর্ম্মা, শাস্ত্রী।

---

# তাজমহল

তাজমহল। মতম পুন্নমক্তা নিংথিজববা
নঙগী নিঙথিবা নু ঙোগী মূর্ত্তী অসিনা
মাঙবা লৈত্রবা মতমগী সভ্যতা ওইবিবোইদো
অত্নবু সম্রাটকীদি মিংকী পিনা চামথোক্লবা
মপুং ফানা শাৎখিদ্রবা লৈবাং অমদি
ননশিনথ্রেদো নঙনা মতম নাইদনা।
নঙগী মক্ত্রবা হূংঙোগী ফজবা অসি
সম্রাটকীদি কংদ্রবা মিংকী পি ওইবিদো।
মীওইবগী কল্পনাগী লোবুক অসিদা
মক লুকথরিবা নিঙশিংবগী উপাল 'বক্তা
নঙদি মতম পুম্নমক্তা মহে চূম্নবা

উপাল অমা ওইগে খল্লবোইদো।
ক্ষুংশিবগী নাকোং থুদিংদা লোৎনা থুপনা লাকলবা
ফোঙমজ্রবা রাহৈনা মথং মথং পাউমেন্নরক্লবা
থশ্মোই কযা কযাগী অচিকপা মিৎয়েংনা
য়েংইদো মঙগী ক্ষুংঙৌগী মন্দিব।
অবাপ্পা লমদনদগী উরক্লবা
নঙগী অঙৌবা ফুবা মতোন্না
উহল্লি শাহজাহানগী কংজ্রবা মিৎকী-পি।
মতমগী তমথিববা মিৎয়েংদা—
বাজ্য কযানা উকু-া ওনথ্রবদা,
শতাব্দী কযানা মশেল মবাং মাঙথ্রবদা,
প্রেমবীণাগী লেপত্রবা খুৎখৎতা
যমুনাগী ঈথক ঈপে মা লেনবনা
খোংলিদে নঙ ওনা ক্ষুংশিব বাঁশী।
নঙগী বাঁশী খোঞ্জেল তাবদা
শাহজাহানগী পুক্তি ৫চেলদা কংথ্রবা,
ক্ষুংশিবগী মরুভূমিদা বেনথ্রবা,
মাগী অমতা ঙাইজরবা লৈবাংগী মযোল
চোংখৎহল্লি তত্তনা মাওইবগী থশ্মোইদা।
থাবল ফববা অহিংদা
মীনোক চাউববা থাজনা
তাগদবগী ক্ষুংশি চিবোন
খিবিদো হন্না হন্না নখোয়গী তুংদা

ঙাইরিনে মহাক্কা উনা পুংলবা মরুমদা
লোৎনা থুপ্পা য়েংগদবগী নখোয়গী শান্নবা।
ইকাইথিবনা মুংশি মশক খণ্ডিবী ওইহল্লবী,
নিঙমদবনা লোৎনা থুপ্পা তেংথাজরবী
অনুতাপনা মৈশা লাংলক্লবী মুজানা
অথেঙবা থাবলগী অহিংদা
প্রেমগী মন্দিবদা তপ্না তপ্না কাথৎলগা
য়াম্না ইকাই হঙ্গোইনা শোঞ্জবগুম
"চান্নথোইববা হৌগৎলো" হায়না থোঙথীনবগুম।
শাহজাহানগী অবোইবা গিৎযেংদা
তাজমহল নঙবু কোল্লগা মীৎকী পিগা লোয়নন।
"মমতাজ" হায়না অমুক্তং শোল্লম্বা
মুংশা মপী অমা লৈহৌবে নঙগী থম্মোইদা।
মসিনা মতম নাইদনা, মুংশি অতিযাগী
মক্ত বা থরামিচাক মরক্তা
শোল্লি "মমতাজ। মমতাজ।" তত্তনা
ওইহল্লি তাজমহল মতগ পুন্নমক্তা ফঙবা।

এলাংবম রজনীকান্ত
তাং ৮।৫।৫৩ ইং

# কনাগী খোঙ্জেলনো ?

কনাগী খোঙ্জেলনো ?
হৌজিক্তা তাখি—কদোমদনো ' কৈদনো ?
কনাগী খোঙ্জেলনো ?
হনবীবকউ অমুক্তা, অমুক্তা
তাজনীংবনা খৌরাংনা ঙাইজবিবা
কোকহনবীযুগবা খৌবাংবসে—তাহনবীয়ুগবা !
তাবকলে অমুকহন্না,—মিববা খোঙ্জেলনি ।
ওঃ কযাদা খে'যথুম্না মুংশিগ্রবা খোঙ্জেলনো ?
থাবল ফবা অহীংসিদা চৌক্রবা
তামলবা লৌবুক্তগী,—চীংযাদগী থাপলবা
তানক্লিবা খোঙ্জেলসিবু
কনাগী খোঙ্জেলনো ?
হংজরি তত্তনা লাংতক্লবা থম্মোয়না,
অহুঙৈ বিশ্বতাইবং শুন্দাংনা খোংখিবা
ব্রজবৃন্দাবনগী বাঁশীদ্রা ?
নত্র 'া,—
নুংশি কবি কলমগী
"অহীংগী চেক্লা তায়া"গী খোঙ্জেল্লা ?
কনাগী খোঙ্জেলনো ?
তত্তনা হংজবিবা লাঙতক্লববা থম্মোয়না
তাকপীরম্মুগবা হে নোংদম্বা ।

প্রমোদিনী

———

## মালংবা

হে মালংবা ! হে মলয়া ! হে নামীবা !
হুংঙাইরিনিদকো নহাক্কী পুন্সি অসে
তাইবংপানবা শীন্না থুংনা হুমতুনা
চাকলবা কালেন থাদা ঈংলবা হুংঙাইবা
পীবিদো নহাক্কা তাইবংমীওইবা ঐখোয়দা ।
পামেল অমদগী পামেল অমা লান্না হুম
লৈকা ফন্না শাংচবিবী শীঙেংগী নাক্ত লেপ
মিকুপ কযাস্থু পোৎথাতুনা লৈথোকহন্দে নহাক্তি ।
যৌঙমন্দ্রবা সমুদ্রগী মপাল নাইন্দ্রবা
লাইজ ঈপাক কয়া কযাগী ঈথক্কস্থু
ওন্না থোইনা শান্নমিন্নবা ঙমইদো নহাক্তি ।
ঈংলবা মালেমগী লোইবী চীংক্কাও কযাগী
তিংথৌনা বুপলবা শংবান্নববা লম্পাক্তা
নীংঙাইদনা ক্ষমতুনা লৈথোকই নহাক্তি ।
ইকাইথাববী খুনগী শানৌ নহাশিংগী
পাম্মুনা থমজবিবী শাইনোম্দা হুমলুতনা
মুজাশিংদা ইকাইবা পীবিদো নহাক্কা ।
কালেনগী শাববা হুংথিলগী হুংশাদা
লুরবা ঈপাকযায়দা চাক্তারিবী ঙাহু থঙ্গোংগা
লোয়নতুনা হরাওনা শান্নমিন্নেদো নহাক্তি ।

পলেমগী নঙন্দা শান্নজন্নিবা চোং ফন্নুনা
অঙাং নান্না 'কযাদা লিরি হূমহ্নুনা নহাক্না
খোমলেন মিকপ তালহন্নীদো 'হুংঙাইনা।
নোংমদোন অভিযাথক্তা চীংলেন্না পাইজন্নিবী
লৈচিন মপে কয়াবুস্ন্র খঙহৌদনা
মায়গৈ শালাই খঙদনা হূমহুনা পুবী নহাক্না।
চাকলবা লৈকংলাগী লমদমদা চৎতুনবু
হূমহ্নুনা হূমহুনা শেমলুই নহাক্না
লৈঙোইগী ফজববা নোংলৈ কযাবু।
থাবল ফববা অহী'দা চাউথোক্না শাৎচবী
থাবলৈগী লৈনমবু লোম্না হূনহুনা পুবগা পীকহুনা
শানৌগী থম্মোয় মন্নাঙ হৌহল্লি নহাক্না।
মালংবা নঙগী খোঙদোই লিবি ধানবনা
থারকপা তাম্বা, হূমলকপা শউন
ফংবদা কবি পূক্নীং খোযবাঙনা
মালং খোঙদোই ইনজরি॥

পলেম পম্মৌ খঙদবা মপাবীগুম লমহাংদা
ককঙাওনহ্নুনা লৈবিবা হে মালংবা।
হুংঙাইরিনিদকো নহাক্নী পূন্সি অসে।
কবিনা কুমজা চূপ্না থিরিবা মনীংতম্বহৃদি
মালংবা নহাক্নী নপোক ওইরমলে
নহাক্নী পূন্সিবু পামজকরে ঐহাক্না।
য়েন্ন-তিংখং লৈতবা নহাক্নী পূন্সিনি

সুংঙাইবনা থল্লবা নহাকী মপোকনি
নহাক্না কংলি থাজেশেংবা মনীংতম্বা ।
নহাকী অশেংবা মনীংতম্ববু উরগা
মিহৌদবা ঙমদে তাইবংমী ঐখোয়না
য়োনীংবা লম য়ো, চৎনীংবা লম চৎ
হে মালংবা, হুমউ, শিংলু, তাইবং-মালং থুংনা
তাকপীয়ু তাইবংদা অশেংবা মনীংতম্ববু ।।

প্রমোদিনী

## লোইরবা